# লমনখুম্বা

রঘুমণি



দেবলা বুক স্টোর
পাওনা বাজার, মসজিদ রোড ইম্ফাল।

# লমনখুম্বা



রঘুমণি

দেবলা বুক স্টোর
পাওনা বাজার, মসজিদ রোড ইম্ফাল।

থোকপা:— শ্রীমতী [illegible]

ব্রহ্মপুর, নহাবম, সুতারখোং, ইম্ফাল।

অহানবা থোকপা — ১৯৯৮ ইং।

কোপী মশীং :— ৫




ফংফম — দেবলা বুক ষ্টোর মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

মমল :— রুপা ২৫/-

---

নমকপা:— দেবলা প্রেস,

ব্রহ্মপুর নহাবম, ইম্ফাল।

ইনে ৺সনাজাওবী দেবীগী

মকমদা

# লমনখুম্বা

রঘুমণি

দেবলা বুক স্টোর
পাওনা বাজার, মসজিদ বোড ইম্ফাল।

# হৱানবা

পরীক্ষাগী ফোর্ম ফিল্লপ তৌবগী অরোইবা তারিখ নকশিল্লক্লে, অহুম ওইনমক খুপা অমা ক্যাওবা থৌরাং তৌবা ওমল্লি।

শেলগী য়াথলদা অঙাওবগী পাংথক ওইনা কোইচৎ চৎলি মংলেম, অরেপ্পদি করিমতা খঙবা ওমল্লি।

মপা শিগ্রবা মতুংদগী চহি অহুম-মরি অসি তেংবাংবিরম্বা মামা অহুম্মু বি,এ, পরীক্ষা মমাংদা ইথঙ খঙহৌদনা শিদোকখ্রে, মপাল নাইদবা ঈপাক্তা মংলেম্মু তাওহল্লমহুনা—মসিবু কনানা খল্লওমগদগে?

মামা খরচা চাউবা মীনি—থোইদোক্লহুম শেল পুশিল্লম্বা নত্তনা পৈসা অমা কাওবা তুংশিল্লমদে। মদম অহুনা মনেগী মফমদা থুং তিংথোকলুবম্মু কাম্নরোই। করম্না মাই উৎতুনা কায়ন-মৈশা লাংলিবী অহুগী মফমদা থুং তিংথোকলুগদগে?

তোর্বান য়োৗরমদায়দা হিরাক্নবা হায়বহু মসি ওইরে।

মামা শিবগী মৈচাক অহুদগী শরুক কম্না হেম্না মংলেমগী মফমদা মৈশা লাংথ্রে মামানা মতৌ অম্মুম্না মতম চাদনা চৎখিবদা। নোং মংদনা বজ্র তারবা!

অম্বক হুংথিল সন্ধ্যা লেম্না নৈতনা কোইচৎ চৎলি মংলেম, মরি-মতা মরুপ-মপাংশিংগী মুম মুমদা। তেংবাংবিরকপমক নক্সরবমু করিওম্বা কনাওম্বনা পুবা পীরকল্লা হায়বগী আশাদা। বি, এ, পাস

তৌরবদি—মচুদুদি মহাক লায়না তৌগনি। মকম মচুগদি অসিগুম্বা অরাবা কিন্তম অসি অমুক ওইরোই। মী পুম্নমকী শেম্বোন শিংজোকপা ঙমগনি। বি, এ, পাস তৌবগী লাউথোকপগা লোয়ননা অতিয়াদগী শেল হৈথরক্লবগুম্বী।

ছাত্রগী পুন্সিদা অচৌবা আশাগী মত মতই, মতৌ অদুগা মঙ-লৈবাক্তা তাউদুনা লৈ খংলেমদু। পৃথিবীদি অরাখা মঙলান অমনি হায়বা মহাক্তা থক খঙ্গুদে।

মরি-মতাশিংনা তেংবাংবিরকপগী মহৎতা পাউতাক চখুল হৈথরকই। কনানা হায়রকই, ডিগ্রী কয়াবক্রম কংলগা করি কায়গদগে? গ্রেজুয়েট ওইরগা খুৎ মরি লোংলক্তদবা নত্তে। লৈবাকী থবক খংদবা মশীং হেনগৎহনগদবমনি, মচুগী শরুকপুদি য়িম্বা থৌবনা কৈ।

লৈবাক হুপ্না ডিগ্রী আশা খাদোক্তুনা য়িম্বা থৌরবদি কনানা য়িম্বা তোংবিগদগে, মসি হংজুনবা মথৌনা করুবা ঙমজদে মংলেম্বা।

কনা কনাগুম্বনা অমুক হেন্না পুকচেল চাউবা উৎতুনা হায়রকই, লৌ উ—কি শাও—হুকান কম্মু—পাস তৌরগা শেল হেক্তা থোকপা য়াগদ্রা? অদুনা পরীক্ষাগী কিগী ব্রাকম হোৎদোকলুবা ঙম্নমদে।

অদুবু মংলেম্নদি আশা পুম্নমক পৈশিন্দুনা থমজবিবনি পরীক্ষা অদুদা।

মপা শিগ্রবা মতুংকগী মাগী লাইমিং ওইরক্রিবনি,—পাস তৌগনি, মী ওইগনি।

অদুগী মথক্তা মবা?

মচানুপানা অদুক কমা হোৎনজরক্রিবা অদু অরেবদা তাগ্রগনি থঙলক্রবদি মথাবু অমুক হিংবিগদ্রা? মহাক্তি হায়রগী মশা কংলক্রবনি।

মকম কমা কয়াদা কোইচৎ চৎলুরগা মংলেম মথাই মক্তা হুমক্রে।

থিংজেং ভাবিরকপা কুঞ্জবতীনা - ঈশ্বরবু থাগোক্লকই। অদুবু ঈশ্বরনা হন্দক-থরক মমাই লৈথোকখ্রে, মশিংনা হৃয়া য়েংথিজে, মনানমু ভাবিজে!

মমৈথংদা নোংমা—কদায়দগী আশা অমুক উরক্লবা, অদুম ওইনক হুথিংতি নকশিল্লকপা— কুঞ্জবতীনা মচানুপাবু কৌশিল্লগা হায়রকপা অদু ওয়গী থশোয় শোক্লিংঙাই ওইবদা নত্তে, কিনিংঙাইহু ওই।

কুঞ্জবতীগী মকুবোকী হাককতগী চান্দি অশেংবগী লক্ষ্মীগী মূর্তি অমা চেকশিন্না থম্লকই। লক্ষ্মী পূজা হুমিং খুদিংগী মহু লেঙখোক্লনা পূজা-পাঠ চংথরক্লিবনি। অদুওম্বা লক্ষ্মীগী মূর্তি অদু পুখোক্লনা পীবা তাম্বা মচানুপাদা। খুমদা সনা চংনিং অমকাওবা লৈবা নত্তে।

মমাগী মা ভাবদা মংলেম্না কপ্নিং কপ্নিং তৌনা হায়রকই,—তোক্লসি ইমা, ঐ পরীক্ষা থাদরোই। নহাক্না লক্ষ্মীগী মূর্তিবু য়োহোকউ তাকপিরবা!

হৌজিক কালগী মতমদা বর পীবগী মথল লৈত্রা লৈতত্রা থঙনবগদমু বর পীনবি মীওইবনা। কয়া য়েংথন-থোংনবরবা কয়া থম-নৈনবরবা ভুংকা মহু য়োনবদা লেপ্পরে।

মাইকৈ অমদনা থাজনবক্লবা চংনবী, অমুগা মাইকৈ অমদনা মংলেমগী ভুংগী আশা। মমৈদা আশাবক্লা জয় ওইরবা!

মপূক্লিংদা লক্ষ্মী ইমা অমদি বোজাশ্রবী মথেথোকপু খুক্রমজরগা লক্ষ্মীগী মূর্তি পুখোবক্লে কুঞ্জবতীনা।

মূর্তিহু পুহনা মংলেম্না চংখিগদবগী তৌবদা কুঞ্জবতীনা চেকশিল-হনবগী থোহ্মোক্তা হায়রকই,—থম্না চেকশিন্না পুহনা চৎলুকো ইবুংঙো। মহু নত্রগনা শরং লোয়নখো।

মংলেমম্বু মথন্দা চৎপা নিংজিং-মাংজিংনেমিবনি। কদায়দা য়োন্নুপদথে, মাখি করিমতা থওবা নত্তে। হুকাম্নগী পোৎ লৈবগা ইমুংগী পোৎ য়োন্নুবগা থক-থা থৈদ্রে।

অহম্ ওইনমক মহাক্না য়াচিন্দুগি হায়,—পুক্নুনা কৈদৌনুনি। মাবু শ্রীশ্রী তাক-শেনবা ওইহনবা তারিব্রা ?

অমুয়া হায়রবসু মহাক্না নাক-বেং য়েংলকই। শরৎ মনাক ঙাক্নবাইদা লৈরম্মী, কুপ্তবতীনা মগুং অমদা মাবু মংলেমগা লোয়ননা চৎমিন্নহনম্লে।

শরৎকী ইতিহাস খরা লৈ।

মীনা হায়নৈ— ঈচাওদা তাউগনবগুনা খুনবা— শরৎ মহুমক্তি হায়বা য়াই।

সংসার-সমুদ্রগী ঈপাক্তা তাউঁখ্রকপুনা মহাক মতৌ কয়দৌনুনো। ঈমুং অসিগী হিদেন্দা তাউশিন্নরক্তুনা পল্লখি, 'মহু কুপ্পা তম্বা তারবদি য়াম্না শাংলগনি। মক ওইরিবা রাকমদি মকম অসিদা লাক্নুনা মহাক চংজকম কংখিবা অহনি। মতম অগু মংলেমগী মপা হিংলি।

লাত্নরবা কনা কৈজরেবা মুপামচা অমবু চরা অনি পিজবা মতম অহুদদি অহুক হাক্না লুনা খোক্নমদে। মহুদা নত্তনা মীনাইমক ওইহল্লবসু মীনাইগী মতৌঙম মহাক্না থবক পুম্নমক তৌই, শুপগী কোল-জিক কেংবা নত্তনা।

হৌজিক মী অমবু থাকপা তশেংনা অকুবা অমা ওইরবনি, অহবু রাকম অগু কুপ্তবতীনা খক খল্লুদে। অসুম লৈরকপদগী শরৎ য়ুমগী অঙাং ওইরবনি।

মহাক শাউদা লবনি, মহাকৈ লৈবকী দরকার লৈতে, মাবু অরেম্বদা থাক্লিবনি, মমা-মচা কনানা করিগুম্বা মুন্নিংগুসু খল্লুদে। মংলেমগী মতৌগুম শরৎসু য়ুম অসিগী অঙাংশ্রী।

শরৎনসু মংলেম্বু পোকমিন্নবা মরাম্মকী মতৌগুম নিংই।

মংলেমগী লাইরিক ওরাইবদা অকায়বা লৈগনি খক্লুনা ইমুংগী থবক পুম্নমক মহাক্না তৌই। মংলেম লাইরিক পানা পানা উইরকপা য়াই খন্দুনা মহাক্না খোক্ল মরাদা কমহুনা শংই। কাং জুগি ঐ হৌগৎতুনা চা লোনবি।

কুঞ্জবতীনা মহোন্দা চংলুচো হায়বদা কুন্দা শকুন্তলা চেঙুপ্পা তারখি।

গুঃ অমরোমগী মতুংদা মপোয় থানি হল্লকই। মোঙ্গক্লে, অহুবু মাম্মা কল্লা তাংন-খোংনরবা মতুংদনি। মহুন্তু মতিক চাবা ময়ল কংবা কংদবা কনানা খঙগনি।

লুপা চানিপাল মাখৈনিখোই কুঞ্জবতীগী মখুত্তা শিন্নরে মংলেম্মা। মণী ঈমা চেমা মমানা শেলহু থম্মজিনথ্রে।

অহুগা সুমিৎ হল্লিগী মতুংমক্তদা মহাক্কা লক্ষ্মী ইমাগী খুদম অহু লৌখোক্কুনা মচানুপাদা শীবা তাবনি।

কোর্থ কিলপ তোগদবা হয়েংনি হায়বগী সুমিদাংদা কম্মুং কাখৎত্রিৈভদা কুঞ্জবতীনা খংলাউ লাউহুনা কৌরকই,—মংলেম!

মংলেম হিপথক্লরবনি, অকিং-অকাই ওইনা চেল্লক্লে, —করিনো ইমা, করি তৌরবগে? করিনো চিকপ্র-লাকপ্রবা?

কুঞ্জবতীনা মরাইবক্তা থুহুম্মা ওহুনা হায়রকই,—চিকপ্রে হায়বমক মাই ইবুংঙো। তশেংনা চিক্লরবনি। অহুবু হু অসিনদি শিররোই ইবুংঙো, হু খজিক্তা পুরকউ চাগে।

অঙাওবীগী মতৌঙম মরাইবক ওয়কই কুঞ্জবতীনা।

মংলেম্মা মমাবু কাজিল্লুনা খাত্নগা হায়রকই,—করি তৌরবগে তম্মু।

—ঐ মাংজরে, ঐ মাংজরে। শেল লৈরমক্লে। মাংখ্রে।

শেল লৈরমল্লবা! মাংখ্রবা! কররম্বা লোয়মো তারিবসি মংলেম্মা। মৈতৈরোল? মল্লগা খঙদবা করিগুম্বা লৈবাক অমগীমা?

ভূমিকম্প তৌরব্রা?

থোক থোক নোয়প্রা মালেম?

মুমদা মৈ থাপ্লব্রা? মালেমদা করিগুম্বা মতমদা মঙাল লৈরম্বা?

মমাগী মাহুমক অমুক হল্লা খিকনকই মহাক্কা অপঙবগী মতৌঙম, বিভূলা চুবগী মতৌঙম—

—লৈঙু ঙৈলবরে। থাংত্রে।

—হোয়। মসি ফেংউ, থাজিবী কা পুরক। হায়া হুয়া থিরবনি। কথায়বদু থাওয়ে, অমা কাওবা লৈহৌরে।

—ইমা নহাক্না হায়বিবহু করিনো?

—অচুবনি ইবুংঙো। হায়বিবসিনি। হকৃতি ঐহোন্দা হু থক্লিং পীয়ু।

মংলেম্না থঙহৌদনা শককম হঙিন্দুনা হায়রকই,—হুপি ঐখকা থকপনা চুম্মী। থাশকওবনি—পরীক্ষা থাবা ওমল্লবদি ইমায় অসি অবুক হয়া কমাদগু উৎলয়োই। লেল লৈত্রবদি পরীক্ষা থাবা যায়রোই। মরম অচুনা—

কুঞ্জবতীনা অমুক হায়রকনবা শক্তি লৈরে, থত্নুবদু মংলেম, ঈশ্বরবু অচুক হাক্না তমথীরা? উপায় অমা নত্রগা অমদি লৈগনি।

মপুক্লিং কাথনবগী শক্তি পুরথক মাংগ্রে কুঞ্জবতীগী। অঙাওবগী মতৌগুম মহাক্না মওং চাদবা থৌদৌ তৌরক্নে। লক্ষ্মীগী মূর্তি। মংলেমগী ভুংগী।

থম্মোয় কাব্রবা মংলেমক্না মমাবু থেমজিনবিবদা তাবক্নে। —কনানা পীবিরকদগৌ?

যাম্না কুইনা কপ-লাউহুনা মমানা অঙাও চুবা থোঙং কয়া তৌবত্ ফুংদা থরমথৈ তপথরক্নে। অহুবু থাহংহুনা খুহুনা লৈরে।

কপায়দা চৎথবগে।

কনানা লৌথবগে?

মথা পাম্বনা পাইহুনা চৎথিবঃ ওয়রোই। লেক্না মথোঙ থাংহুনা ক্রেনথিবা ওয়রোই। খুংবা পাম্বহুনা থাংকোকথিবনি কনাঙবনা।

কনানো মহাক? কনা লৈবগে মীতোপ?

থংকোয়া নত্তে—কুন্থুরতী থাঁনা নত্তে। অদু ওইরবদি?

অদু ওইরবদি, অদু ওইরবদি?

মহু চেনবা লিনশী মতৌগুম তাংথক থাইবনা চিক্কচই থাদুং থাদুনা।

অদুদি অতোপ্পা কনা ওইগদগে? চাবা থাকুনা মমম অমুক শাংনা যোক্লিবা মানা নৎত্রগা অতৈ কনানা ওইগদগে? নত্তে, অতোপ্পা কনামু ওইরোই। থগাদুগী হৎনবা চংলকপা নত্তে, ইহুংগী হৎনবমক্তা থবক্কি মনি।

লেল লৌথিবসি থরৎনি। তথেংনা থরৎমক্কি।

মথা-মচা অনিনা কয়া কয়া থয়-নৈনরকই।

অতৈ কবিছু নৎতে—খঙহৌদনা লেলথাব অমা উক্রবদা মীহৌবা কাথবা ওইখিদ্রবনি।

মহু নত্রবনা খঙহৌদনা ওইরমদবন্দু থাই—ওইরবা থাই মহুমক থাগী ঠৈনবী।

চিংনবগী মতৌগুম্বা তমথীবা লায়না অমমুক তৈলে। থমাগী থাদা অমুম অমুম মংলেমনমু থাথলোন অচু চেৎনা থাজয়রে—তথেংনমক থরৎনা হৎপানা লাকলবনি, অচোয়-অমাক্কি হায়ত্রবা মতম অমুক কুইবসি কাবা ওমকখিদবনি।

কনানা কৈদৌঙৈ মতোম্বা হিসাব উৎলু হায়গনগে?

কৈথেল কাহনা হুকান্দা চৎতুনা পোৎ লৈথোক-লৈথিন তৌরবদা মহাক্না হয়কপা থমছু কুঞ্জবতীনা লৌশিল্লিবনি, কৈদৌঙৈদম্মু করিমতা থিগৎলুদে, কৈদৌনবু থিগৎলুগদগে? মংলেম্বা হৎখিবা থাওশ্রবা? পাপ পঙ্কবনি মাগী থম্মোয়দি।

মথং মথং থরৎকী লোনচৎ-শাজৎকী অথুপা পুম্মক মথোয়না উৎকনগদ্দী। অহুনা থরৎনা হুকান চৎপা অমদি কৈথেল কাবদা অচুক হাক্না কথরাম থাওরিবমক্কি। মংলেদু করিমতা তৌহল্লিবনি। অহুনা অশিগুম্বা লমহৌদোং ওনক্লবা।

মতম থমগী মমাংদগী মহাক মঙং অমা তৌবা হৌরক্লখনি। কুঞ্জবতীনা হায়রকই, —হন্জক-মরক খুংথিলবু ওইরবদি কদায়দনো হেক্কা চংবি, হংলুরবসু হায়দোক্কে।

—নঙগী কোয় চাকথদকা চংলদ্রা য়াই। মংলেম্মা মপুক্কিং কোকদোয়কই।

কুঞ্জবতীনা হায়রকই,—পুলিশতা তাকপসু পামজদে—অহুবু হায়দবদি য়ারিব্রা? হৌজিক কমদৌনা য়াকম অসি হৌদোকউগদগে? হয়ানবনদি ঈকাইরোই, ঐখোয়দি ঈকাই।

য়াকম অসি মংলেমসু খল্লম্মিবনি, কমদৌনা য়া হৌদোকলুগদগে শমংতা? কনা অমসু ওইসনু—ইমুংগী মীগী পাংথক ওইনা লৈরক্লিবা চহি মঙা ওয়বনি।

মচি-মরুমদা খিনা ঙাংনিংবমথৈ ঙাংবনা অমনি, অহুপা মায়োকক্তুনা হায়বনা অমনি।

—হায়রুরগবু কল্লি কায়দনি। মংলেম্মা নীংবা কায়বা মঙংদা হায়রকই, —পরীক্ষা থাবা ঐগী লাইবক্তা ভয়মঙ্গ্রমাল্লে ইমা! মহু নক্কবদি অসিগুম্বা থোদোক থোকক্রা? মাংগ্রবদবু অমুক হক্কলহল্লকপা য়াথিগক্রা? নত্তে—মানা লৌই হায়রকক্রা?

কুঞ্জবতীনসু হায়রকই, —হয়ানবনা ভরায়-তরায় হয়াঙ্গি হায়বা য়াররুদবা নত্তে। উপায় অমা হায়রবু পুলিশতা পীবা। মহুসু লেল অমুক কংগদবা লৈত্তে,—ওমগী নিংদোল পোমগদবদনি।

হে ঈশ্বর! মংলেম্মা নহাক্কী নকমদা মরাল কল্লিবু লংশিল্লগ্রবা।

অমুক হিক্সি অমুক হৌগংলি কুঞ্জবতীহু, হায়রকই, —নত্তে মংলেম, তুমিম্মা লৈখোকপদি য়াদে। মাবু কৌ, ঐ হৌজিকমক হায়গে, মঙ্কা খোমি থুহনা লেল ওথোকহনগে।

মচাহনপা মদুম হুংশিল্লুবনি মতম্মা শরৎগী, শরৎকা মাঙ্গী অপোকপী মমাগী মচৌদুম শঙ্কুবনি,—মদু খুদুক, শেলগী মরাইদা কাপ্পোকখ্রে কুঞ্জবতীনা।

শেলগী মরাই? মতুনি হায়বা য়াই। মরুপ্পু হুরা চেনিগনু মাখোল্লিখোই অদুগী য়া নত্তে, মসিদি মংলেমগী পুক্নিং মাংবগী খাকপি।

কুঞ্জবতীনা লুপ্তহৌদুনা কৌরকপদা শরৎ খুম্মুবগী মিংকুম শংথোক থোকখ্রে। হায়রকই, —করি হায়বগে ইমা? কচ্ছিজৌরবগে?

খুমিং নোঙ্গই নোংইদুনা হৌগৎলুনা চংশিল্লকই মহাক।

কুঞ্জবতীনা অহানবদা শাউদনা থবক পাংথোক্লবগী থবকুনা থবগী ঈংথনা হায়রকুই, —য়োম্বনে শরৎ, মহাক লক্ষ্মীগী মূর্তি য়োম্বগী শেল মংলেম্মা পুথকপদু কদায়দা থমজিনবগে হায়দু তাসি?

—শেল? লক্ষ্মী-মূর্তিগী শেল?

শরৎ কুমশিং কাদ্দনা হৌগৎলকপগী ওাওকিং ওাওকিংনরবা কোক্কা হায়দিবক্তু, অদু তাবা ওয়দবগুম্বা।

ঈগী থওশিল্লবা মথংদু উবদা মংলেম তপথবা ওয়রক্লে, হায়রকই, —হোয় ঙোয় শেল। হক্লিক হল্লিবা নোটশিংদু। তকউ উখিজিল্লবা কৈদৌগুম্বা নমিংতা?

—ঐদি উত্তে ইমা, কদায়দা থমখ্রলগে? কয়িগীনো?

—কয়িগীনো? অমুক কয়িগীনো হায়বিরা। কুঞ্জবতীনা শাউরংননা হায়রকই, —শেল অদু পাইখ্রে। অমুক কয়িগীনো হায়বিবদি কয়িগীনো?

—পাইরবা। শরৎ তাব তাবা ওয়েঙ্খিবগুম্বা।

—উরেদনা ইমা, ওসায় হায়জখিবদুনি নখর ঙোয় হায়বদু শিজিন্নবমগনি, মংলেম্মা হায়রকই।

কুঞ্জবতীনা হন্দক্তি শককম হল্লিন্দুনা হায়রকই, —হোয় পাইরে অহুবু ভগেংবদি মগা পান্দুনা পাইখিবা নত্তে। কমদৌনা পাইল্লিবনো ?

—ঐনা ? ঐনা কমদোনা খঙগদগে ইমা ? কৌজবনা শরৎকী মমাই তাইরেঙ তাইরে।

—নঙনা খঙবে, ঐনা খঙ'ত্র, অহু ওইরবদি মংলেমা খঙগব্রা ? মাগী পরীক্ষাগী শেলকম মানা হুরানবা তাবব্রা অহু ওইরবদি ? মসিমা নঙনা হায়বা পাম্লিবসি ?

—অহু ওইরবদি ঐনা হুরানব্রা ? ইখঙ খঙহৌদনা শরৎ হিক হিক কপখৎলক্লে।

—মহুমা অমুক চিংনক্লনিংচাই লৈরে। হুরানবা শোয়নৌনিদনা —কীরমাক্লে।

কুঞ্জবতীনা হন্দক্তি খবক পাংথোকপা য়াননবগী আশাদা খেম্বা হোৎনরকই। হায়রকই, —অঙাংনিদনা, খঙদহুনা কৎতবা খবক তৌরবনি, কৈদৌই হায়বগে ? পুথোরক্লো শেলহু। লুপা মঙ'-তরা খরচ তৌথোকপগনা তৌথোকরেদনা—করিস্থু হায়রোই মহুগীদমক।

মংলেমনদি অহুক হাক্লা খেম্বা পামদে, মহাক্লা চৈ-থাংলকই।

অহুবু শরৎকী কিতম খক হোংদে। খুদৈ মচিনা মগী তৈথোরকই, —ঐনা কমদৌনা খঙগদগে ? এঃ ? ঐবু নঙন৷ লৈহনখিব্রনে ?

কুঞ্জবতী চঙক্লরে। উঃ। কয়াদা মপুকচেল কনগ্রবা অঙাংনো। শোয়নৌ নত্তে, ভগেংনা পাকাগী হুরানবনি। করিগুম্বা মঙংদস্থ লাক্লরে হায়মু হায়বা য়াদেনেসে।

মইমথংদা অরোইবা ওইনা মহাক্লা হায়রকই,—করে, নঙ কয়া যাম্না অনম কনবা অঙাংনো, অহুগা ঐনা কয়া য়াম্না পুকচেল কনবী লুপীনো খঙগনি হন্দক্তি। হয়েং পুলিশ কৌহুনা রাচপ থাহল্লুনা

নশাগী নবাল নশানা মাজয়বদদা থাদোকহনগনি। ঐগী মংলেম পরীক্ষা থাবা য়াবয়োই—মৈচাক অসি ঐ অমুক কোকথিগত্রা? ননম উনশা খোজুনা লমন থুমগনি।

অহুক হাক্লা য়া য়াম্বিবা চৈয়ক অহুদা ময়াইথক থিবা অঙাংহুনা মচিন কাংহুনা হায়রকই, —পরীক্ষা থাবা য়াবয়োইব্রা দাদাবু? এঃ?

থাংবা অমুক ঙঅক্লে মংলেমহু, মথজাইদা থুবাক্লা শেং-শেং থায়গা হায়রকই, —হুয়ানবা বদমাস। কবিস্থ থঙদত্রা নঙ? য়ুথদা ঐগী শেল পাম্বী হৌরি, মহু নত্রা? হয়েং কোর্ম কিলপ তৌবগী অয়োইবা হুমিংনি হায়বা থঙদত্রা? হৌজিকস্থ য়াইকবা পায়বদি—

কুঞ্জবতীনা মমায় কাহৎনা হায়রকই, —য়াইকবদি কবিগুম্বা মওং-দস্থ পায়বোই মংলেম, অয়েম্বদা হোৎনবনি। হয়েং পুলিশকী মথুৎতা মাবু শিয়থোকগ্রগনি। মহুগী মতুংদা লাইবক্তা ভয়বা অমা লাক্লগনি।

—অচুম্বনি ইমা, পুলিশ কৌবিয়ু, শয়ৎপু কনা কীহন্র-থোৎহন্দুনস্থ—

থংনবা হুমিংকী অয়ুক্তা শয়ৎ মহোশাঙম থবক নোম্বা উদে। হুমিৎ য়াম্না কায়বা কাওবা তুমহুনা দৈ।

কুঞ্জবতী অমস্থং মংলেম মমা-মচা পুন্দুনা অমুক তাকক অমা হৌরকই।

—ওইনম্রিমাম্লে বাবুহু।

—কজি য়ক লাউবা হায়বহুনিদনা!

অম্নমা অমুকস্থ কমা কুইনা চৎথৈ।

হুমিৎ অহু একাদশী ওইবনা কুঞ্জবতী চয়া হেনগনি। মংলেমদি হকচাং হুংঙাইতে চয়া হেনগনি হায়। চাক অমুক থোংন্রে। মমাবু কবিগুম্বা মওংমস্থ শরৎকীদমক চাক থোংহন্রে মংলেমা। হায়রকই, —কয়াদা কীবাঁ থঙদনা তুম্রিবনোদো বাবুদো। থোংবা ঙপয়া য়ারোই।

অহুগুম্বা বদমাস্বকী খবক তৌকম্বিবা কম্বিগীনো? হায়নবা লৈ, 'মীহৌবদি পাপ্পি, পাপ্পা অশিবগী মখয়াক্তা ইনশিল্লি!' কয়ে, মতম চানা জ্ঞান তায়ক্লে, মহুম্বু কৈ। পুলিশকী মখুত্তা তায়ম্ববদি কয়াদা খুদোংথীবমগবনো!

শরৎ পুলিশ কীবদগী জ্ঞান তারকপনি হায়বদা চিংনরুনিংঙাই করি লৈ।

মংলেম চৎপ্নবা ভুংদা কুঞ্জবতীনা শরৎতা লুপা অনি পীয়গা হায়রকই,—চৎলো করিনো অমা লৈহনা চারুচো, মুম্বিৎ চুম্না করিমত্তা চান্নি।

শরৎ তপ্পা তপ্পা থোকখি।

কুঞ্জবতীনা মপুক্লিংদা নোকচৈ। ইবুংঙো, পুকী মৈচাক হায়বসি য়াম্না কীনিংঙাই ওইবা পোৎনি।

কোর্ম ক্লিলপ তৌরম্রগা মংলেম মযুমদা হম্লকপদা উরে, মমাগী কাগী লময়াইদা মমা কমব্রেংননা কমহুনা লৈ। মখুৎ ময়াদা লৈম,য়দা নোট চবুল অমা তাহনা লৈ।

—মসি করিনো ইমা?

কুঞ্জবতীনা অপঙবগী মতৌঙম মমায় থাঙৎতুনা তঙক তঙক য়েংলকই।

—করিগী শেলনো ইমা?

—করম্বা শেল?

—লক্ষ্মী য়োনবগী!

—করিনো নহাক্না হায়রিবহু ইমা? কদায়দা লৈরম্বগে? মংলেম্না লাওরকই।

—লুখুম কোম্পাক মথাদা থমজিল্লগা কাউথোকউরে। লোইনবা লৈ—

লুপা অনি চৎপী অহু কাওবা কুঞ্জবতীনা থাঙৎতুনা উৎলকই।

কনা কুইনা লৈরবা ভুংদা মমায় থাঙৎতুনা মংলেম্না হায়রকই,

—অহু ওইরবদি শরৎনা শেল অহু কদায়দগী পুরক্লিবনো?

—খঙদ্রে।

—মাবু কদায়দা লৈবগে ?

—মহুক্কু খঙদে, নঙ চংলবা মতুংমক্তদা মাম্মু থোকখিবনি।

লুপা অনি শীংখিবগী রকম অদু কুঞ্জবতীনা পল্লুবা পায়রে।

অদুবু লুপা অনি অদুখক পায়দুনা অমুক হন্না সংসার-ঈপাক্তা ভাউথবা চংশিন্ত্রা শরং অদু ?

নংত্তে মাগী কমুং মথক্তা তাহুনা লৈরি লুপা অনি অদু—কুঞ্জবতীবু করেম্নবগী মতাঙ্গুম।

সুমিৎ নিনিগী মতুংদা কদায়দগীনো রেষ্টুরেন্ট অমগী লুপা অমা শরংপু থিবা লাকই। মানা খবক খরা তৌরম্মাল্লে মখোয়গী রেষ্টুরেন্ট অদুদা, সুমিৎ নিঙ্গি লাক্লিবা কয়িগীনো ?

করি খবরক্তো ? খবক তপ্শংনা ইচম চম্বনি, আলু মকু থোকপা, ময়দা নোয়বা, কোল-লিক কেংবা অসিনচিংবা। সুংখিলদা পুং অহুমগী ওইনা চংপনি। নোংমগী থুংশুমল লুপা তরানি।

রেষ্টুরেন্টকী লুপাদুনা হায়রকই, —থা অঙ্কয়োম শুরে শরংনা খবক তৌরকপা—অদুম ওইনমক নোংম-নোংমগী থুংশুমল লৌথোক্তে, মপুদা তুংশিন্দুনা থম্মী। শেল তুংশিন্দুনা লুপা লিশিং অমা কারগা মহাক টুাসন মাস্টরদা থাগী কি হন্দুনা লাইরিক তমগনি হায়রা কয়িরিনো। 'লাইরিক হৈজবদি অরেম্বনি মীওইবগী মপোক'—অমুমা হায়। অদুবু ইথঙ খঙহৌদনা মহাক নহাক মপুগী নাক্তা লাকই। মখোয়গী লমদগী মমা নাবগী পাউ লাক্লে, শেল থাদবা য়াদ্রে—হায়দুনা কপ-লাওরদুনা মশাগী লুপা চানিপালহমকু লৌরগা চংখিবনি—অদুগা অমুক হন্নজ্জে। মরমদা চংখি লাকখিরা ? পাউ খঙবিরা ? মুম অসিদা 'লৈরবদি হায়দুনা, হংজরবনি।

## হায়নি-হায়রোই খঙদবা অঙাং

চহি তরেৎলোমগী নুপামচা অমা ঙমাংদা কমহুনা শাগদি। মাগী মমিং মণি কৌই। মতম অহুম্দা খোঙ্গাঙদা রিক্সা অমা খাৎলে। রিক্সা অহুদগী কাহেম্না নোঙ-পেম্লবা মীয়াই চল্লবা মৌ অনিদা মণিগী চহি মতাংগী নুপামচা অমগা কুমথরকই। নুপামচা অহুম্মু মরাং কংই হায়বা য়াদে।

মণিনা শান্ন-শান্ননা মমায় লৈখোক্লুনা চঙকনা হেংলকই,—হৈমা! রিক্সাগী অম্মুক পিকপা সিট অসিদা মখোয় অহুম কমদৌনা চল্লিবা!

ঙমাংদা চংলকপগী মৌ অমনা নোক্লুনা হায়রকই,—হাই ইমোমচা, ঐখোয়বু খঙলিব্রা?

মণিনা মথুং অনিনা মখাং য়েৎনা লেপহুনা মখোয়দা য়ুম্না য়েংহুনা কদিনো খরা খনবস্লুম তৌরকই, অছুগী মতুংদা শককম হুজ্জিন্দুনা য়েং-লোমদা অমুক ওইরোমদা অমুক মঙক চেপথরকই।

মৌ অনিহু নুপামচা অহুগী মওং-মতৌহু উবদা নোকপনা খর চিংখৎপা ঙমখিদ্রে।

মৌ অমনা হায়রকই,—ঐখোয়না অমুক লাকখিবহু য়াম্না কুইরে। মানা মহু নিংশিংখিবগদ্রা?

মণিনা অশিংবগী মতৌঙম হায়রকই,—মহুদা নঙনা মতম অহুদা নখোয় অমুক হাক্না নোইরমদবা য়াই। অমুক হাক্না নোইবা কনাম্বু হৈকদৌদ্রবসু উমিদি।

মহু তাবদা মখোয় অনিগী মরক্তগী অমনা খোইদোক্লা শককম হুজিনখ্রে, অদুগা অমনদি নোকখোয়রকই। থিক থিক খোল্লগা হায়রকই,—কমল্লাগী মচানুপালি ম্বায়া নুংঙাই নুংঙাইবা রা ঙাংই। করে, নখোয়গী নমা মুমদা লৈদনা ইমোমচা ?

—হোয়।

'চংলসি' হায়রগা মখোয় মাঙ্গোলদকা পল্লমদনা চুমজিংনা ইমুংদা চংখ্রে।

ইমুংদা চংবদা নত্তে, তশেংনা কমবম্রবনি। মপালগী কাদা থারিবা লীগী চেয়ারঙ্ অমমমদা মৌ অনিত্তুগী নোই-পেল্লবা হকচাংদু থিজিল্লগা ম্বর খবেৎ খবেৎ হোন্দুনা হায়রকই,—ইমোমচা নখোয়গী নমা কদায়দা লৈ ?

—ইম ? ইমাদি চাকশঙদা লৈ।

—য়েংঙোই ইমোমচা। এখোয় ঙলাং-ঙনশাঙনবনা থাংবা ঙমক্রে কেন মখাদগী হেন্দোক্লিংব্রে। মুমদগী ঙসি কৈদৌবগীবু খোরক্লিবা। নুংশানগা শাবনে, বসনগা ম্বয় হোনকম লৈজমখৈ মী চিনবনে, অদুগা রিক্সা অমদা এখোয় অদুম শুজিল্লুনা তোংলকপনে ঙমচাক্লবগা রাবগনা খরায় থাগদোরে। য়াম্না মরম্মোকপনি এখোয়গী ইমোমচাদি, চাকশঙদা চেনশিল্লুনা খোইরাং বাজারদগী মদোমচা অনি লংকই হায়বা পাউ নমাদা অমুক্তা তম্মুচো।

থাগৎপদা হয়াওবা কনা লৈবগে ?

মশি চেন্দুনা চাকশঙদা চৎখ্রে।

তাল্লক অদুদা নৌনা লাকপা খোইখোষ্ট কৌবা নুপামচা অদুনা চেয়ারদা ফমগী মহুত্তা মখোঙনা খোক কাঙদুনা ইনথুখ্রে, তক তক থারিবা টেবল-কিদাহু শৎ চিংথদুনা ফিজিন লৈবাক্লা সোরো সোরো চিংখ্রে। অদুগী মতুংদা মহাক্লা শৎ চংথিদুনা অসোম থংবা কক্লাংগী

মতম অনিবদি ঐগী থবক করিমত্তা লৈতে। হৌজিক মুংথিনদু থবক করা য়াম্না লৈনবগে? মুংথিনগী মতম অদি লোয়নবা হোৎনবা।—

অহুবু অথিনা মমাগী য়া লোইশিনহনখিরে, য়া মবক থৎহুনা হায়রকই,—এদ থবক লৈতরনে? হৌজিক্তি থবক্তা পৈম্না লৈখিবনি। ঐখোয়গী শিনেমাগী টিকেট লৌহুনা লৈবগা নত্রা? যাদা ঙাকপগা চৎনগনবগি। অহুনা থবক পুম্নমক হাথু হাথু লোইশিনখোইরা? *

মশিগী মতুংদা ঈকাই-খাংদগী হেমাবতীনা শাওহুনা মচানুপাগী মনা ভাংশং ভাংখদগী লৈবংএ, অহুম ওইনমক মত্তোন্দা লোয় তৌকবা য়াগদ্রা?

মনা লৈবগা মহাক্না থবক্তা তৌহুনা হায়রকই,—চৎএ চৎলো, হাই অপত্তবা গবা। মতম্বু ভূত ওক্কনব্রানে ঙসি? অচুবনি, মশিগী অভাংসি খুৎ পেয়া মুদৎথিবগী শাওনিংবা কোকখিগদ্রা? ওইদবা পক্কং লেংহুনা ভাংবা অশিত্তবা অভাংবু মুনিংলোইদ্রা?

মণি চংথবদা হেমাবতীনা খোইখোইযোমদা ওনশিন্নরক্লে। হায়রকই,—হৈয়া, মশিবু ঐখোয়গী খোইখোইদু নত্রা? ওদাইমগী উবু উকদেনা। অমুক হাক্না চাওরবা! মশকা য়াম্না কজখোয়রে! ইবোমচা, নহাক্কী নচানুপাশিংদা যানা য়াইদগী ত্তোই। নত্রনে?

শ্রীগী অমুবা মচাবু ত্তোই হায়বা, ভাওশিনবা মচাবু মমলোকই হায়বা অদি করবা য়াত্তাং ওইবদা নত্তনা মশাগী মচানুপাগী করদবা য়াত্তাংদু কাউহনবগীদমক হেমাবতীনা খোইদোক্লা হেনগৎ-খোইগৎনা থাগৎপা তাবনি। মহু নত্রবদি, তশেংনা খোইখোই মুটৈ কুচুদগী হেন্না ত্তৌবা নত্তে।

কমলানা হন্দক্তি হাইকেৎ হয়াওন্না হায়রকই,—নত্তে খোইখোইগী কুচুদি শিক্লিৎলেগী অশুম্না অমুব তৌই। হৌজিক মুংশাদা শাকপদা নত্তগী মশিদু মুশিনবনি।

—ঐগী মশিদি কুচু মুবা অভাংনি।

অহুগী মচুংদা থৌইখোই লাইব্রিক তম্বা হৌরক্রা, ক্লাস কয়া তম্নবগে, অসিনচিংবা মথং মথং হুংলকই।

খম্বালনা করিনো হায়গদবগী তৌরকই, অহুবু থোইখোইনা মহু নমহুংতুনা ত্রেং ত্রেং ঙাংলকই,—ইঃ কদায়দগী লাইব্রিক তম্বা। নখোয়না ঐবু স্কুল কাহনব্রা? ঐখোয়গী বাবাদি য়াম্না লিকই। বাবানা হায়, লাইব্রিক হৈবা কয়া খবক কংজনা লোংদাও তাওদুনা লৈরিবনি। অহুগা লাইব্রিক তমহন্নবদি অরেম্বদা শেল ময়াম অমা ত্তিংগনি। অসি হায়দুনা বাবানা শুপয়া য়াদবা নব্রা? লাইব্রিক তম্বগী মহুত্তা ঐ হয়েং চাওরগা লৌ উদুনা চাপদবনি হায়।

হন্দক্তি মদোমচা খম্বাল হেমাবতীগী মমাংদা চংশি শিদুনা মমায় মুত্তক মুশিনব্রে।

অঙাং মমাংদা রারী শাকবগী মতিক চাবা কল কংলে।

মনাওদুগী ঈকাইরে হায়বা খঙলদুনা কমজানা নোকশিন্নদুনা হায়রকই,—ইবেম্মা হেমা, নঙগী নদোমচা অতোম্বীগী মচানুপাসি মরোল শুপথোক থোক্নরোইদ্রা হায়দুনা ঐখোয় য়াম্না নুংশাথিরুবনি। অহুবু ঈশ্বরনা কৃপা তৌবিদুনা মরোল থোয়কপা পংকুই কুইত্রিবনি। হৌজিক্তি অঙাংসি ঙাংব শকপা কনবু হৈজারে হায়রিবনি ঐখোয়দি। অহুনা মাবু স্কুলদা থাদবনি। যুমদদি ওজা থমদুনা কন্না হোৎনরিবনি।

চৈরক অসিদা খম্বাল ঈকাইবা খয়মথৈ কোক্নুনা মপুক্কিং ঈশ্বরক্লে।

মহাক্না হায়রকই,—হৌজিক কালগী অঙাংশিংগী হৌনবী ওইরমাল্লে হায়রম তৌগদবসি ইচে-য়াইমা। থোইথোইমা লাইব্রিক অঙ অনি পায়রুবগীদমক ঐখোয়গী হেমাগী মচানুপা মশিনা রারকখিবা মভাংহুবু অচম্বা অঙাং অমগী রাঙাংলা? শামুঙম নশা চাওবা অহুক নবুদ্ধিশু শামুগী মতৌওম্বী—অদুয়া কয়া মানা হায়খিবদায়।

অসি হায়রগা মহাক্না চিংথ চিংথ'নোক্রকই।

রাহু ভাবদা হেমাবতী ঈকায়বনা লৈত্রক্লা চংনিংলক্লে।

খঙ্‌হৌদনা ঙসি কৈদৌরবগে অঙাংহুবু, তশেংনবক ছুতকা ওক্ল-লারুকরবজাৎল। ?

কদায়, অসুক হাক্লা পঙবা অঙাংদি ওইরমদবনি।

হেমাবতীনা করি অমুক তৌগনি। পেহৌ পেহৌ তৌনা হায়রকই,—অচুম্বনি, সুপামচা অসিগী হাক্তক্লা ঐ মৈশা লাংহুনদা লৈরবনি ইদোমচা যাইমা। চাওরকপগা লোয়নবা কররুব্রা খল্লগা মখোংহুক্তবা অসুম অসুম হেনগৎলকই। কনানা খঙগনি অঙাও-অকৈ ওইহুনা চৎখিগদৌরিব্রা" করিনো।

অঙাওবা শিহুনা মমানা মচাগী মরাল উৎন-রাইনা খুম্নবা হোৎনবনি।

অহুক শিংবা অঙাংবু মমানা অঙাওবনি হায হায়হুনা হেক্তা খাজগদবা অহুক হাক্লা অপঙবী নত্তে কমলা। মপুক্কি'দা খল্লকই, তশেংনা অঙাওববুদি নত্রে—খোইদোরহুম মীবু অঙাওবা শেম্বা লায়না ঙম্বা অঙাংনি।

খঙহৌদনা শ্রেং শ্রা, অয়াকপা মখোল অমম্বা মখোয় অহুম্মক চঙক্লাথ্র।

অত্তে করিব্‌ নত্তে, সেলক মথক্তগী টৈবল-লেম্প খোইখোইনা ইস্তহুনা থুগায়থ্রে।

হুন্দক্তি অমুক কমলা অমদি খম্বাল মচিল-মনাও অনিগী ঈকাইবা নংবগী পালি তাম্বরে। অহুবু মীত্তেক-মীয়ৌ খঙলবী হেমাবতীনা নোকশিন্নহুনা হাযরকই,—নৎত্তে ইদোমচা য়াইমা, অঙাংদা অমুক ঙাংবি-চৈবিগনু। মখোয়গুম্বা সুপামচানবু ঙাওশিন্নদবা হৌনব্রা? লৈবাক্লা শাবা মুর্ত্তিগুম লেঙদনা খিন্দুনা লৈগব্রা? অসুম্না মঙাও খিবা অঙাংদি ঐ য়াম্না নুংশিজৈ।

নুংশেল মচেৎশিহু থুম্না থুম্না মহাক্লা হায়রকই,—অঙাং ওইখিঁজৈদা খরা ঙাঙনা হৌরকপা সুপামচা অয়াম্বনা চাওরক্লগা মীখোই-মীহেনবা মহাপুরুষ ওইগনি।

অহুগী মতুংদা রায়ী চৎখনরকই।

পুন্নমক অহু নুপীগী ওইবা রারী নত্তনা অতৈ করি ওইগনি। কনাগী মচানিগুোল লুহোংপ্রবগে, অউনপোৎ কয়া য়াম্না উনখিবগে, লুহোংবা অমদা অউৎপোৎ য়ামদবগী অচৌবা রাথোক করি থোকখিবগে, কনাগী মোৌনা লিক-কোল কয়া য়াম্না শাজিল্লবগে, মনাক্কিগেগী মমল কয়া য়াম্না কাঞ্রবগে, রাঙ্খৈকিগী মমল কয়া পীরিবগে, থম্বালখোয়দি কি-রোল লৈমন্দুনা আলমারি চস্রে হেমাবতীনা মুরিক-মকোল শাজিন্দ্রিবা করিগীনো—অসিনচিংবগী রারীনি।

নুপী খরা কম্মিন্নহুনা অমুম্না নুপীগী ওইবা রাকম কয়া পুখোক্লহুনা বারী শাবা হায়বা অসিমক্তবু শৎ ঢেক্তা লোইশিনবা পাম্বা নত্তে।

মণিগা মাগী বাবা-য়াইমগী নুপী মমা-য়াইমগনা চাগা অচা-অথক ময়াম অমগা পুহুনা চংলক্লবদদা মখোয়গী রারী কায়খি। অথুম-অহাও মখল-মখেল কয়ানি, অদুদা নত্তনা কোং ফোং শারিবা বোরা, কাংডো, মচল গুনা হাম্না শিংজু য়াওই।

কমলানা হায়রকই,—অমুক য়াম্বা অচা-অথক খোয়াং তৌরিবা করিগীনো? ঐখোয় চাক চারগা লাকপনি, অহুনা হৌজিক কাওবা পুকসি ইথন থনগৎতুনা লৈরি।

থম্বালনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই,—ইচে য়াইমা, ঐখোয়গী হেমানা অমুক পীজনি,না খোয়াং তৌরক্লবনিনা য়াম্না চানিংক্লবমু মহাও খরদি য়েংবিয়ু। মহু নক্লবদি মহাক মথরায় নুংঙাইহৌররোই।

অমুম্না মখোয়না হায়নরবমু পুখোরক্লিবা অচা-অথক ময়াম অদু মখোয় অমুম্না শিৎ-শিংনা চাখোকপ্রে।

খোইখোইগী খুৎচা মঙাংহু উবদা মণিনা মখুৎনা মচিন খুমহুনা খোঙ্গেল খোঙনা নোক্লকই।

ঙাইহাক লৈরগা হেমাবতীনা হায়রকই,—মণি, নখোয়' বাবা ওকিসতগী হল্লক্লে। চংলো, মোইরাংগী ইদোমচাখোয় লেঙক্লি হায়রুচো'।

মণিনা চিনুকা খিবদোনা হায়রকই,—লাকই হায়রা বাবা খুঙলমনি। অহনলিদনা শাঙ্গুনা কয়হনা লৈরিবা। বাবানা হায়,—ফনা অমবু ওইরবয় মখোয়গী মদোমচাখোয়হু অতোয়া হুম্বিং অমদা লাকপা য়াদব গুম্বী। ঐখোয়গী সিনেমা টিকেট অয়েম্বদা মাংহল্লবগীদমক্তনি,—অথমনা ওসি লাক্লিঙ্গিবা করিগীনো?

ওন্থোকপনি! ওন্থোকপনি। করি তৌগনি হেমাবতীনা।

মচানুপাদাং ... শুগজ্রা, নত্ত্রগনা মশাগী মথজাইদা খুবাক্লা থাজিল্লগদ্রা? করিগীনো ওসি মণিনা মমাবু অমুক হাক্লা যেংথিরিবা? করিগীনো মমাবু হুজ্জিন-হুজ্জিন হাংলিবা?

হৌজিক হেমাবতী কমদৌনা মদোমচাখোয়গী মাংদা মমাই উংতুনা কপ্পা ওমথিগদগে?

মপুক্কিংদা অমুমদা খল্লকই,—মখোয় চংতা চংথিসনু, লমহেনবা অওাং মউন খোকে ওসিদি'

শুপগী-খুংতনা শাম্বুগজ্রা, নত্ত্রগা চৈ নু, পায়গজ্রা?

কমলানা মৈগী মুত্তি লৌত্নুনা হায়রকই,—করে, অহুদি হৌগংলগে, হেমা, ইদোমচাখোয লাকুনা নঙোন্দা পংওৎ ওৎলয়েদো।

হেমাবতীনা কমদৌনা হায়রবা ওয়গনি,—'নোংমা অমুক লাকলিয় ইদোমচাখোয়।' তঙক তঙক য়েংহুনা লৈ অপওবগী মতৌগুম।

থোইথোক্তনা খোঙউপ তোংশিনবা হোৎন-হোৎননা মণিদা হায়রকই,—ঐঙোন্দদি নঙনা য়াম্বা ওাথিবদায়? নঙবু স্কুল কাজরক্লনে?

মণিনা মরেং কম্দুনা হায়রকই,—কৈদৌনা কাদল্লি।

—কয়বা স্কুলদনো?

—বাল বিদ্যামন্দিরদা।

—ক্লাস কয়ানো?

—ক্লাস থি।

—লাইরিক কয়া তম্বগেনে?

—য়াম্মী। তবেৎ-নিপাল শুই। আই, নখোয় কয়া কুইনা পম্থখিগদৌরিবনো ? হৌজিক্কি চৎখ্রোদনা। নুমিৎ তাখিগদৌরেনে। হৌজিক ঐখোয়গী ইমানা করম্বা কালদা চাক খোংউগদগে, অদুগা করম্বা মতমদা নখোয়বু থিনা ঙাগদগে ?

থিনা ঙাবা।

মদোমচা অনিদু রাম্থগদবদা মঙাইরে।

অদুগা হেমাবতীদি ?

মহাক্তি লেপ্পা লেপ্পা মথবায় পান্দবা মুর্তিগী মতৌগুমখ্রে।

হন্দক্তৌ খোইখোইনা শাওদুনা মমিৎ-মনা শংদোক্লুনা অকীবা শক্লোন লৌরক্লে। মণিদা কিপ্পা থিন্দুনা ঙ হুনা হায়বকই —কৈদৌবগী থিনা ঙাগদৌরিবনো, হা ? থিনা ঙা গদৌরিবা করিগী না হায়রিবু ?

অদুনু মণিনা মঙাম্দা মখুৎ হান্দ। চৎক্লদুনা মিৎকুপ খরা চপ লেপদুনা লরগা হায়রকই,—কোইরকপ। মী চৎহ্রবদা মখোযবু থিনা ঙানবোইদ্রা ? 'হুপামচাহু হৌন খঙদবা শানি'—ইদোমচা অনিহু কযাদা নাপল তৌখ্রবা—ঙপ্ ঙম্মী, অদুক যাম্বা অচাপোৎ মযাংদু ওক্লা চাবগুম্মী—হায়রাইদ্রা ? অদুদা নত্তনা—

মণিবু অমুক্ত বা ঙাবা তৌগ্রবদা কনানা খাম্বা ঙমগদাগ ? হাযনিংবমথৈ মহাক্না চেনা পন্দন। শৎ হেক্ক। হায়দোকই।

অদুম ওইনমক মহাক্না অদুদা নত্তনা' হাযবকপগা কমলানা মরক থৎতুনা হাযরকই,—চৈযু ঐখোযবু নপুরি পেম্না চৈযু।

অসি হাযরম্নগা মহাক মখোঙ গম গম থংদুনা চৎখ্রে পম্বালগা খোইখোইগস্থ মাগী মতুং ইন্নগ্র।

অথাম্না লমদমদগী লাকথোক্লন। লাকপা মদোমচাখোয়বু 'থাঙ্গাল-ক্ষাও' করিক্ষাও' থিন্দোক্লুনা পুকমেন পাউমম্নরগ বিদায তৌদুনা

হোন-লোনচং ঙাকপা কাওবগী মখোনা হেমাবতীগী লৈখিদ্রে। মখোয় খোকখিবহু অদুম তঙক-তঙক য়েংহুনা লৈপ্রে।

মখোয় চংখিবগা লোয়ননা হেমাবতীনা ভৈরবীগী মূর্ত্তি লৌহুনা মচানুপা মণিবু দম-দম কুপ্পরক্লে। ফুনা ফুনা মহাক্লা হায়রকই,— হায়মু কময়হেনবা অঙাং, মমা-মপা য়োনবা অদুগুম্বা মা ঙাংলিবা করিগীনো? খুম্মু খুনা খুম্মু! মহু নত্রবদি নঙবু শিজ্রিবা কাওবা ফুগদি হায়বা খঙঙ্ক্ত। অদুক থিনা ফুরবা অসি কাওবা ননম কঙ্কুনা অয়ো কাওবা হায়দেনেসে! নঙনা উদোমচাখোয়গী মমাংদা অদুগুম্বা মা ঙাংখিবহু করিগীনো হায়বা নচিন্দু খুমজ্রিমখৈ ঐ ফুবা লেপ্লোই। ঈকাই খঙদবা গধা! নমা ঐবু মীমা দা চংহাৎ-হাংলগা নঙোন্দা করি তৌংজবগে?

শেৎ শেৎ দম-দা—ফুবা লেপ্লে।

মমানা অদুক থিনা ফুরবা অহু কাওবা মণি কপস্থু কাপ্লে, চেপ্তোক্লুনা চৈ চাবদগী নাম্বোক্লবন্থু হোৎনদে। মরাল মশানা য়াজবনী মতাঙম অদুম চৈনাখোল ভুমিল্লা খাংহুনা লৈ।

চরাংনবা তাহুনা মণিগী মপা খোরক্লে।

—করিগীনো করি তৌরবগে, অঙাংতুবু অদুক থিনা ফুবিরিবা করিগীনো?

—ফুকম খোক্লা? হেমাবতীনা শদো খোংনা হায়রকই,—নথরায়দা থাক্লা ফুখিগদৌরিবনি। খঙব্রা—মানা করি তৌখিবগে হায়বা?

অমমম ওইনা মচানুপাগী হৌন-খঙদবা লোনচৎ শাজৎ ঝাঙাং-শাঙা ময়াম অহু মখং-মথং ওইনা হেমাবতীনা মপুরোইবগী মকমদা তম্লকই। অদুগা মণিগী মপাস্থু মহু তানা-তানা মৈ হৌনা শাওগৎ-লকই। মতম অদুদা মহাকস্থু ফুবা য়াওশিল্লকই।

অচুম্বনি, মীগী মমাংবা মমা মপাবু লৈখা তানা চিংথবা মচাহুবু শিনিংচিং য়োনা ফুথরবা কাওবা মমা-মপাগী শাওনিংবা কোকখিগদ্রা?

মখোয় অদি চঙহনা শিনি-নানি খঙদবমখৈ শেৎ-শাৎ দম-দম কুথরকই,—খুম্মু, খুম্মু, করিগীনো নঙনা অহুঙবা রা ঙাংলিবা ?

মণি য়াম্না কুইনা ভুমিন্না খাংহনা চৈ চারম্বনি, অমুক খা৲বা ঙমদ্রে। হিক-হিক কপথোরক্লে, হায়রকই,—ইমানদি ঙাক্টহাক লৈতনা চাম্মরক হন্না হায়, 'মতম খুদিংমক্তা অচুম্বা বা ঙা৲গদবনি, কনাগী মকমদস্থ করিমত্তা যেংলোইদবনি'। অছুগা হৌজিক অমুক ঐঙোন্দা ফুম্বিবা। করি হায়গদগে, করি হায়রোইদগে, ঐনা করি খঙগদগে ?

# চেক্কশিনবা

অয়ুক অঙনবদা য়ুমদা অঙকপা দগ্য অমা।

মামাগী কাগী খোঙদা অচৌবা রাইথু অমা য়ান্নুনা লৈ। য়াম্না ফবা মথলগী রাইথুনি। অদুম ওইনমক মামাদি কা মনুংদা তুম্মি।

ইহান হান্না মণিচন্দ্রগী মিৎয়েংদা তাকই, মহু হেক উবদা মহাক্না পাখৎতুনা চাকশঙদা চেল্লক্লুনা মমাদা তাক্লয়ে,—ইমা, মামাবু শো লোন্দুনা থল্লিবা করিগীনো?

হি করিনো। শো লোনবা!

মহু ত্তাবদা মম্না সনাতোম্বীহু মমিৎ মনা চপ য়ু খ্রে। মবুদবু শো লোন্দুনা থম্বা হায়রিবসিবু করি বানো?

মহাক্কী নুংশিজরবা মবুনি, কয়া হায়রজ নোঙ্গবদগী মতম কুইরবগী তুংদা নুমিৎ মম্মি মঙ্গানি লৈবিগনি হাযরিবা মবুদুবু কা মনু দা মহাক্না মপালদগী শো লোনশিন্দুনা থমগদ্রা?

মবংনা হৌগৎল্লিঙেগী মমাংদা নোং ঙানকু ঙানফু তৌরকপদা ঈক মাইথজ্জবগা মনুংগী চাগা তলগা থোরা তৌননবা মহাক্না চাকশঙদা চংদুনা মৈ থাগৎপদা ঙাইবি অদুগা তাম্বিবা পাউসি করিনা।

সনাতোম্বী মচানুপাদা চৈহৎতুনা হায়রকই,—নঙনা ঐঙোন্দা অমুক্ক ওইদবা বা ঙা লবিবা। কা মনুংদা মী তুমহুনা লৈবগা ঐনা মপালদগী শো লোনগদ্রা?

মণিচন্দ্রনা খোঞ্জেল লুম্না হায়রকই,—নহাক্না লোল্লবদি ইমা, বাবানা লোনবা ওইরম্বা যাই। নহাক্কা বাবাগনা নত্তনা কনানা শো' কদায়দগী লৌরুগদগে ?

—ওস্লোকপনি ! মখো' চাদব। অচুঙ্গুবা খবকপ্প কনানা তৌবা তৌনবগে ? নখোযনা তৌদবা করি লৈ ? নোঙাল্লমদায়দা চৌগৎতুনা কাতু-কারন তৌবা ঙমগনি, নখোযনা তৌবা ঙম্লোইদবা করি লৈবগে ? করে, ঐ চৎতুনা য়ে লুখিগে ওইখোক্কবা খোদো তৌবা কনানা পাম্লিবনো ? নখোযনা নত্তনা অতৈ কনানম্ভু তৌরোই।

—ঐখোয়দি করিস্তু খঙদে। য়াম্না কন্না য়ানিংদবা খোঙদোরকই মণিচন্দ্রনা,—বিজয়, শেখর, ইমোমচা মখোয় লোয়নমক হৌজিক কাওবা হৌগৎত্রি।

অসি তাযবক্লগা মহাক চেনখ্রে—অমুক হন্না' যেংলুদবগীদমক।

সনা'তোম্বীনা লাকপদা উরে, অচুম্বমল্লিদনা। মবুংগী কাগী খোঙদা শো অচৌবা অমা লোন্দুনা লৈরম্লে। পূমহন হল্লিবা শোনি, যুম অসিগী পোৎ নত্তে।

অচু ওইরবদি ?

কনানা তৌরম্লিবনো মসি ?

শুপ্নগী লরুগদবনীদমক অবেম্বদ লুপা যাঙ্খ্রে হুমযু তিংহুন। রাইখু শো লৈকবগা খোঙদা লোম্লগদবা অচুঙ্গুবা অঙাওবা কনা লৈবগে যুমসিদা ?

সনা'তোম্বীনা লাও খো্ংবা অচুগা মণিচন্দ্রনা কৌখোক কৌশিন তৌবদা অমমম ওইনা ইমুংগী মী পূম্নমক মামাগী কাগী খোঙ মম্নাদা তীল্লরে। বিজয়, শেখর, ইমোমচাদা নত্তনা য়ুম্বুরেন বীরচন্দ্র কাওবা লাক্লে।

সনাতোম্বী মচানুপা পূম্নমক্তা অমমম ওইনা তকখৎতুনা হংলকই, মচুদা নত্তনা মপুরোইবদস্থ হংলকই। অচুবু মরাল য়াজহুনা কনানা

মশানা খঙনা চোংথোরকদগে ? তুম্লবদগী অকিং অক্নাই ওইনা হৌগং-তুনা লাকপদা দৃশ্য অমু উবদা মখোয় পুম্নমক অতিয়াদগী তারকপগুমল্লে। শোইজেগী রা কনানা করি খঙগদগে ? অদুম ওইনমক ময়াম চংদুনা থিবা হোংনরকই। কনা কম্না থিদুনস্থু শোইজ ফংবা কৌবদি মরেল্লে।

ময়াম নিংবা কায়দুনা হম্লরক্লবা মতমদুদা সনাতোম্বীনা খঙহৌদনা মবুংবু হৌদোকপা তোকথোক্লুনা কপখৎল্লে। কপ্পা কপ্পা হায়রকই,—ঐথোয়গী তামোবু তশেংনা হুয়ানবশিংনা হাংতোক্লগা শো লোন-শিল্লুনা থনল্লবনি। কা অসিদা আয়রন সেফ লৈ, আলমারি অনি লৈ. অরেবা পুম্নমক হুবদস্থু পেল্লদুনা মখোয়না তামোবু হাংলল্লিবনি। হো তামো! হো তামো। শিবগী বার্তন তৌবগী মশক ওইনা ঐনা করিগীদমক তামো লাকপিনবা চিঠি ইকরিবা। ঐগী মমদা লাক্লগা থরায মাংলবেদো নহাক।

বীরচন্দ্রনা অম্মম্নদা হায়বকই,—নত্তে তোকও কপশিনু। য়েংলোই হাম্না ইবাই ইব তোবু হৌদোরবা হোংলখিসি, অতোপ্পা শোইজেনা কবিগুম হাংবা য়াব্রা য়েংথিসি। হৌজিক লাও-খোংদুনা পুলিশ লাকচন্দনা তোরোইদৌরিব্রা ?

অদুবু কনানা কনাগী বা তাগনি!

সনাতোম্বীনা থম্মোয়-মিৎনা শংশং উবল্লুম্মী কাংথোল মথক্তা মঙক কক্লবা মবুং তাদুনা লৈ, ঈনা ফমু পুমম্তাও তাওম্ম কাদুগী পোৎ-চৈ পুম্নমক পুমচায় চাযরে।

থম্মোয় মিৎনা উরবনি, অচম্বা মিৎলদি ঢক্লনবা উপায় লেত্তে, দোতল্লাগী কানি। অদুগা থোঙনাওশিংদু মপাল্লোমদা পাল্লি, ইমুংলোমদা থোঙ অমথক পাল্লি।

ম মাদি তুম্বা কবদা মমিং চৎলিবনি।

করিগুম্বা হিংলম্বা থোক্লবস্থু খজিক-খরাক চরাংনবা অসিদা মহাক মিৎকপ থোকনি হায়রবা থাজনিংঙাই ওইদে।

মতম অদুদা বীরচন্দ্রনা অকনবা য়াথং পীরকই,—নখোয় ময়াম চংদুনা থোঙ নমথেক্লবা হোৎনৌ।

মণিচন্দ্র, বিজয়, শেখর, ইমোমচা অমস্তুং সনাতোম্বীনা থোঙ নমথেক্লবা কন্না হোৎনরকই। মদুগা লোয়ননা মখোয়না কৌখোক-কৌশিন তৌবস্তু চম্না নত্তে।

—হো মামা! হো মামা!

—হো মামো। হো মামো।

—হো তামো। হো তামো।

ময়াম্না কোবদু বীরচন্দ্রস্তু যাওশিল্লক্লে,—হো ইবাই। হো ইবাই। তাবিরিব্রা?

মতৌ অমুম্না মযাম চংদুনা সনাতোম্বীগী মবুংবু হৌদোকপা হোৎনরকই।

ইমুংদা চরাংনবদু তাদুনা লৈকাইগী মী লাক্লদুনা য়ুমগী থোঙনাওদা মাঙ্গালদা মীযাম তীনবা তৌরক্লে। মখোয়গী করি থোক্লবগে হায়বা খঙনবা মখোয়না হোৎনরকই। থোঙ লে'নবনা মখোয় ইমুংদা চংননবদি উপায লৈতে। মখোয়না কৌদুনা থোঙ হাংদোক্লবা কনা হাযদুনস্তু কনাস্তু তাদে।

মণিচন্দ্রনা লাওবকই,— মামা, নহাক থোঙনাওদগী মপালদা চোংথরকউ, এ্রখোয় মী মরিনা ভবোং মচিন মরিদা কন্না পাযদুনা ওক্লে।

বিজয়দি থরা কীগল্লি, নুপাথোকপ' হ্রাৎলি। ময়াম্বগী রা তাবদা মামাগী হকচাংগী অকম্বগী চাং থল্লুবদা মাগী মপা 'পুম্বা মতু চুংলক্লে, মহাক্না ভবোংগী মচিন অমা য়ানবা ওইথোক্কদবা নৎতে।

মহাক্না পীরাং খাংবা খোঙ্লেদা হায়রকই —মামা, ভবোং মচিন খুৎতগী নাম্থোকখিবা য়াই, নত্রগা ভবোং শেগায়বস্তু য়াই।

বীরচন্দ্রনা হায়রকই, —নখোয়না খল্লরিবত্থু অমতা ওইরোই। খোঙনাওদা হাল্লিবা য়োংচৈশিংত্থু ককথৎত্রিবমথৈ নখোয়গী মামা করিগুম্বা মওংদম্ভু খোংনাওদা লিংথোক্কুনা চোংথোরকপা ওইথোক্রোই।

সোমদা সনাতোম্বীনা মখোঙ শৎ তিংথোক্কুনা তে খা নাওইতুনা কপ্লি —নখোয়না তৌরিবত্থু করিনো অঙাও-চুবা থবক? চোং-কনবা ঙমখিত্রবা অত্থুক অহল ওইবা ইবুংঙুবু? কবি থোক্লবগে হায়বা ঐদি পুক্লিংদা খঙজরবনি। ঐগী ইবু ঙুদি মশা নানবা যাম্না পামজরম্বনি। মখুৎ নানবা মিস্ত্রি কৌতুনাবু চলহল্লু।

মেমচানা মপী তৈথোক তৌথারা হায়রকই —হো মামা, নহারা লাকপা খুদিংগী ঐখোযগী অচা-অথক য়াম্না হেক হেক লৈবিরকপনি অতুগা হল্লমদাযদম্ভ শেল হেক হেক পীরম্বনি।

অস্নুম্না চরাংনম্বিদৈ তাঙা অতুদা ইমোমচানা খঙহৌদনা হায়রকই, —বাবা, বাবা, লম্বীদা শো শেম্বা নুপাত্থু চৎলে। শো মথল খুদিংমক হাংবা তৈ মাদি।

শো শেম্বা। মখোযদি মাস্টর চাবী পায়। মাবু কৌশিল্লগা য়াম্না লায়না হাংহনবা য়াগনি। বাকম অসি বীরচন্দ্রনা ঙসায়মথৈ নি শিং লুদ। বীরচন্দ্রনা খুদক্ত খোঙনাও মযাদা থোক্লগা শো শেম্বা নুপাত্থু কৌশিল্লুরে।

শো শেম্বা নুপাত্থু ইমুংদা চংলক্রে।

শো শেম্বা নুপা চংলক্রে হায়বদি য়াই, অতুবু করিগুম্বা মওংদম্ভু বাইখুত্থু শোকলুবা পামদ্রে। কাতুগী মনুংদা মী অমা হাৎলম্লে হায়বা খঙলবদা কনানা খোনা যুদোকপা পামগনি। মহাক চংলক্কুনা লেপ্লব মক্কুদা পাউত্থু পীখিবননি।

—হো শো শেম্বা হুবানবা চংঙুনা মামাগী মঙক ককথৎলম্লগা থোঙ লোনশিল্লম্লগা চেনগ্রে, নঙোন্দা শো অসি হাংবা যাবা শোজৈ য়াওহিত্রা?

অম্বিত্তুম্বা য়া তারবা তুংদবু শো শেম্বা কনানা লোল্লিবা থোঙছ হাংদোকপা য়াননবা শো হাংনবা হোৎনখিগদগে ?

কয়া হায়জ-নোঙ্গরবা তুংদা বীরচন্দ্রনা লুপা চাম্বা পীগে হায়ত্বনা ফনা কয়া খেম্নবা ফাওবা শো শেম্বা লুপাত্বনা শুপয়া য়াখিল্লে।

—ঐবু ডাকপিয়ু বাবু। পুলিশনা রাহুং পাউহংলগদবা থবক্তা ঐ থুং থাবা ভয়জয়োই। ঐ চৎচরগে।

অসি হায়রয়গা লুপাত্ব চংল্লে।

মণিচন্দ্রনা য়েটি লৌকরগা শোত্ব ককথৎনবা হোৎনরকই।

হৌজিক্তা বীরচন্দ্রসু সনাতোম্বীগী রাখল্লোন্দু য়ানিংবা পোক্লল্লে।

ভশেংনা অতৈ করিবু অমুক ওইখিগদগে ? হাৎতোক্লম্বা নত্তনা ? অহানবনা মপাল্লোমদগী শো লোল্লম্বগী রাকম, অনিশুবনা অস্তুক হাক্কা চরাংনয়বা ফাওবা মিৎকপ থোক্লিবা করিগীনো ?

অহুবু মাগী যুম্মক্তদা হাৎলিবা করিগীনো ? নহাক মশাগী য়ুমদা হাৎপদি য়াদব্রা ? মাগী য়ুমদা মবাইগী অশিবা হকচাং কংবদা য়ুম অসিদা লৈরিবা ময়াম্বুসু থরমথৈ ওৎলোইদবা নত্তে।

মণিচন্দ্রনা য়ায়া কল্লা হোৎনবদগী কক্তুনা রাইথুত্ব লৌথোক্লে।

অহুবু মতম অহুদা কনাম্বু থোঙ হাংত্বনা কা অত্বগী মনুংদা চংলুনবা ইচং থৌকবা ওয়ল্লে।

কনানা থোঙ হাংত্বনা চংগদগে ?

ঈনা পুমডাং ডাংলবা কমুং মথক্তা তাত্বনা লৈরিবা মামাগী মতুপ অনি থোক্লবা হকচাংত্ব য়েংলুবা কীনবনা কনাম্বু থোঙকম অমা ফাওবা থাংজিনবা ওয়ল্লে।

মমৈথংদা সনাতোম্বীত্ব কপত্বনা ইখঙ খঙহৌদনা তুরোই ডাল্লোইননা ১। হায়না কৌত্বনা থোঙ হাংত্বনা চংখ্রে।

অহুবু মসি করিনো ?

কদায়দা চৎথ্রে তামোহ্ ?

কমুং ইহাং হাংই। ঙৌয়োক ঙৌবা মোম্পাককিদক তক্ত তক্তনা লৈ।

কাঙ্গুগী শীংহুম মকৈ অমকাঙবা য়াংদে।

অহু ওইমবদি মাংখ্রবা ? মহু নত্তনা অতৈ করি ওইগনি। অহিংগী অমম্বদা মহাক লোম্না চেনখ্রবা ?

অহুবু করি মুংঙাইতবা লৈহুনবো মহু মচা লৈবা মীশু নত্তে, তলব চাওনা অকিনবা থবক তৌরিবনি, মনীং তৌনা চাহুনা থক্কুনা মুংঙাই-খোক্লা পূক্সি লেপ্লিবনি। অরা-অনানা মনাক নকউবা ঙবা নত্তে। মকম থঙদনা মাংখিশদৌরিবদি করিনীনো ?

সনাতোম্বীনা কপ্লা কপ্লা হায়রকই —মকম থঙদনা মাংখ্রবনি। তামোগী কুঠি য়েংউবদা হায়রক্রবনি, শনিবা চানি, তশেংনা সন্ন্যাসযোগ তাই।

—মহু ওইরবদি নঙগী নচাশিংগী মমিংদা উইল ইবিগদবা চুম্বনি। বীরচন্দ্রনা মপূক্নিং মুংঙাইতবা কোঙদোরকই।

মণিচন্দ্রনা লাওরকই,—হো ইমা, মামাগী চিঠি।

—চিঠি। কদায় ? য়েংসি। কদায়দা লৈরম্বগে ?

হবাওজবনা সনাতোম্বীগী মাইথোং মকালায়রক্লে।

—মসি য়েংউ, টেবিল মথক্তা লৈরম্বনি। ইস্রি— 'খোইদোক্লা চৈথেং কংলে, মোংথক তম্না যাত্রা তৌরবনি। কায়রোইদবদা ঐসু খিরকনু।'

চিঠি ইবদা মামাদি মতম খুদিংমক্তা অরাংবা থাকী লোন শিজিন্নে।

—হে ঈশ্বর। অহু ওইরবদি মতোমদা আত্মাঘাত তৌহুনা শিজরবা। মহুম্না তৌবা তাবনিদনা—তামোদি বা থাংগন্দবা মীনি। কৈদৌঙৈদসু কনাগী মকমদসু পুক্নিংগী বা থক কোঙদোক্কে।

সনাতোম্বীনা মুংশা মপী হোল্লকই, মুংদা অকনবা মৈশা লাংবওম্মী।

মহাক্না মপুমোইবদা হংলকই,—ঐশিংদা চোংথদুনা শিন্নমগন্না ? কল্লি হাল্লনা থনবিবগে ?

—কনানা থজগনি, থৌরি যান্দুনা শিরমগত্রা ?

মণিচন্দ্রনা বিজয়দা হংলকই,—মোংকী উপু হাংলগা লোয়া পুল্লপ পুদুনা চেনখিবদি ওইরমোইজ্রা মামাছ ?

খজহৌদনা তাজ্জা অসিদা চহি মরিদা ওাইখিবী বেথবেমনা হায়রকই,— মামা! মামা লাকএ;

ইমোমচানা লাওরকই,—ভু-ত!

কদিনা হমাং ভৈথোক ভৈথোক্না ছাদকী সিঁডিদা কুমথরক্লে। মুংশানা য়ৈরদুনা মমাই মুক্তক মুশিনখ্রে। মকশিল্লবা মাইথোং অহুদা হরাও-মীনোক্কী মমি তারি।

নোকমি নোকমি ত্তৌনা মামানা হায়রকই,—অহিং চুম্না চুম্বা শুপন্না য়াদে। হেজিন্না মুংশা য়াক্লমজবদি ওাইহাক্কা লৈথখিবা য়ারম-গদবনি। নখোয় মযাম মকম অসিদা পুম্না লৈমম্নিবা করিগীনো ?

—তামো! নহাক ছাদ মথক্কা লৈক্রত্রা ?

সনাতোম্বীনা মসিদগী হেন্না হায়রুনবগী শক্তি লৈখিদ্রে।

—লৈক্কইদনা করিগীনো, ঐখু খিনরন্নিত্রা ? কয়া লুপ্রবা! থিরকনু হায়দুনা ইদুনা কাওবা থনম্নবনি। কররমদি তৌগনি—থাংবা ওম্নদদুনা মমৈথংদা লৌশিং অসি শিজিন্নবনি।

মশেল-মবাই থোইনা হজোইনদে, ওাংনিং-শক্লিংবা ওাংনবদা অখিংবা লৈনরক্তে। থাইদগী থুদোংচাদবা মায়োক্লুরিবদি মশেলগুপানি। ওকিস কাবা য়ায়া থেংলবনি। থোইদোক্লহুম ওসিদি ওকিস কাদবদা তারবনি, মরমদি হৌজিক কাওবা চাক থোংজি।

শাওনিংবা থাংবা ওম্নক্লদুনা মহাক্না হায়রকই,—অছু ওইরবদি খজহৌদনা ইবাইনা অহিং নোংয়াইদা হৌগৎদুনা নোংথক তম্না যাত্রা তৌবা শান্নিন্নিবদি করিগীনো ?

মবাইনা পাউখুম পীরকই,—মহু কমদৌনা তৌরোইদ্রৌরিবনো? ইশেল নহাক্কা কাহুদা মা লাম্মী লাক্ষ তম্বা য়োক্কুনা থম্মি, অহুগা মৃয়ামহুনা ঐঙোন্দা ওমশিন্দুনা চিকপহু থাংহুনা লৈবা তাত্রা? ইথরায় হিংনবা চেনবা তাবনি। মহুদা নহাক্কী অমাংবা কম্মি লৈহুনা অহুক হাক্কা শাওম্বিবনো? মতুংদা ঐবু খিরক্কনবা হায়হুনা অহিংহুদা চেকোইথি থিহুনা চিঠি ইয়ম্নগা পুক্কিং মকালাম্না মথক্কা কাখৎপনি। কা মতুংদা হুয়ানবা চংগল্লা মুংশাথিহুনা ইশাগী উপুদগী বাইথু লৌ-থোক্লগা থোঙদা 'লোনশিল্লম্বনি। অমুক কম্মি পাম্মিবগেনে?

লুপ্তন্দা পুল্লিবা শোটৈজহু মশেলহুপাগী মাংদা পায়হুনা চেকশিনবগী খুদম মহাক্কা উৎলকই।

মুংশাথিদনবা মার্কা থাবা চিঠিহু মতুংদা থনম্নগা শো লোনশিল্লম্নগা মবাই চৎথি, চেকশিনবগী অসিগুম্বা ময়েক লারবা নমুনা উৎলকপহুদা বীরচন্দ্রনা রা থম্না হৎনিংলকই। অহুবু অঙাংশিং অমমুং মাগী লুপীনা মাংঙুরবা লন অমুক হন্না কংবগী হয়াওনম্নিবা ফিঙম অসিদা মহাক্কা রা মথা তাক্কখিগল্লা?

# লমন খুঙ্গা

চন্দ্রশেখর শহরদগী থাম্লবা খুল্লং অমদা লাইব্রিক হৈতরা লৌমী অমগী য়ুমদা পোক্লকপনি। অদুম ওইনমক মহাক টুয়েলভ ক্লাসতা অনিশুবা পোজিসন্দা পাস তৌরকই। মহাক ইম্ফালদা মরি মতা অমগী য়ুমদা লৈদুনা টি, ডি, সি, তম্লনবা লাকই।

নুপামচা অসিনা মরি-মতাগী য়ুমদা অহানবা লাকপা অদুদা তিনগী সুটকেশ, অমগা দন্ডিনা য়োম্বা কি-য়োল থকপদনি য়াওরকপা।

ইমুংগী মীশিংনা মাগী মিং অদু শম্নকিন্নুনা চন্দ্র লোখোক্লগা শেখর হায়না কৌনৈ।

মতাং অসিদা ইমুং অসিগী শক্লা য়ারোল খরা তমজগে। য়ুম অসিগী অহল ওইরবা য়ুম্বুরেল অদু মচাশুপা অহুমগা মচা-নিচৌ অমগা পোকই। মখোয় লোইনবা ময়ুম পান্দুনা মচা লৈনরে। য়ুম্বুরেল অদু লৈখিদবা চহি মরি-মঙা শুত্রে।

ইমুং অসি মী কনা য়াম্নবশু পূম্না চাই। মী য়াম্বা অমুগা মচিন-মনাও অহুম্মক তোঙান তোঙানবা ওফিসতা কম খরা চাওবা থবক তৌবা ঙাক্তা ওইর্বনা চাক-থোংবা বামোন থম্মী, অদুগা মীনাই অমসু থম্মী।

সেখর কাস্ট ইয়ারদগী সেকেণ্ড ইয়ার, সেকেণ্ড ইয়ারদগী থার্ড ইয়ার মথং মথং কাখৎলকই, কলায়দসু অপন-অয়াক্ থোক্তনা।

শেখর কনানো, য়ুম অসিদা মহাক কৈদোবা লৈরিবনো, য়াকম অদু হৌজিক কনাসু নিংশিংখিদ্রে। মহাক করি চাম্বিরগে, কয়ম্বা

মতমদা হৌজিক্কপগে, কয়া থেংনা তুম্বগে, করি তৌত্রিবগে, করি তৌগদগে মহু য়েংশিনখিনবা থৌদাং কনানসু নপ্তে।

করিগুম্বা সুমিৎতা শেখর চাক চাদনা কলেজ চংখিবা থোক্লবদি বামোন্না চাকশঙ শো লোক্লিরৈদনা যুমুরেখীদা থঙহল্লে,—ইমা-বেম্মা, শেখরবাবু ঙসিদি চাক চাখিদে।

ইমা-বেম্মনা শাওনা হায়রকই,—কদ্দিগীনো? বাবু ঙসি করি অমুক তৌরবগে?

শেখরবু বাবু হায়না কৌরবসু অশেংবা মগুংগী বাবু অমা ওইনা ঈকাই-খুম্নবগী কান্নবা লৈতে হায়বা যুমসিদা লৈরিবা মীনাই মীশল-শিংনা যুম্না থঙই। বামোন্দুনা হায়রকই,—কনামা থঙগনি। চানিংদহুনা চাদবা ওইরমগনি।

—অহুদি মাগী কাদা খিজিন্দুনা কোক হেক থনখো। অসি হায়দুনা ইমা-বেম্মনা যুমুরেনবীগী মথৌ পাংথোকই।

সুমিৎ অহুগী সুংখিল পুং অমা তাবদা অঙাং অমনা পাউ পীরে, শেখর কলেজদগী ছুটি লৈখোদুনা লাক্লগা কমুংদা মকোক চিকই হায়দুনা হিপতুনা লৈ হায়বা।

মতম অহুদা ইমুংগী সুপীশিংনা শেখরগী মরমদা ওইহাক থৱৈ-নৈনৈ,—মশানা থৌশাদবদগী মহাক নাহুনা নোংমদি মথোয় পুন্নমকপু খুদোংথীবদা তাহনগদৌরি হায়বা অসিদা কনানসু চিংনকবা লৈতে। ক্রোশিন অমতং পীজরবদি হেক্তা কবিগনি হায়বা কোঙদোক্লমকপসু য়াওই। অহুগী মতুংদা তুমিন্না রৈশিন্দুনা লৈনখি, মথুং লাক্তোকপা কনাসু য়াওদে।

অহুবু সুংঙাইরিবদি অসিনি, অয়োইবা কাওবা খুদোংথীবদা তাজনবগী খুদোংচাবা কনানসু কংদে।

অহুগা করিগুম্বা সুমিংঙনা উবা কংই, চাকশঙদা কমহুনা য়াম্না হৈনিংনা শেখর চাক চাহুনা লৈরবা। খুজং-মচা ওইবনা মহাক চাক থগমথেখ য়াম্না চাই।

অমুব ওইনবক মশিংনি মাগী পুক্সি। সুংডাইবা নত্রবসু অপেনবদি কংই।

কনাসু মাগীদমক কোক শাদে, মশিমক কমল্লবনি। লাইরিক তমহুনা মী ওইনবা হোৎনগনি, পামজবা অসি শেখরগী খম্মোয়বা য়োক্নুনা মপুক্সিং চংবা লাইরিক তম্রিবনি। কম্বিওবদা মশা খজিক্নং ওয়্রকবদা কার্যাসিদা চৎনুনা ডাক্তরগা হিদাক চাহুনা নাদনবা মশানা কয়া হোৎনজৈ। ইমুং অসিদা মাবু কুমা শেন্নবিনবা কনাসু লৈতে হায়বা মশানা খঙনা চৎলি।

অহুবু নোংদমখোয়া ডায়োয়খিবনা সুংডাইবা অহুখক্নং কাওবা লোইরে।

মহাক্কী সুংডাইবহু মাংহন্নবগীদমক ঈশ্বরনা থাকপগী পাংথক ওইরিবা মহাক অহু মুসুমেনগী মচাসুপী খরোশংবীনি।

মাগী মুপাহু ওকিসার অচৌবা ওইরি,—গৌহাটিদা লৈ। অহুনা মহাক মপামদা তোইনা লাকপা ওমদে। চহি মরি-মঙা খেয়না অমুক মপামদা লাকই।

মহাক্না লাকপগা কমদৌহুননো খওদে শেখরবু খম্মোক্লরে।

খরোশংবীনা মুমিৎ নিজি-হুম্নি কুপা শেন্নহুনা য়েংলগা নোংমা সুপী ময়াম কম্মিন্নহুনা চাক চামিন্নরিঙৈদা রাহং অসি হংলকই,—সুপামচা অমা মুমসিদা লৈরিবহু নোংমগী চয়া অনি মবুক কায়না কায়না চানি, মাবু মুমগী থবক্তা শিজিন্নরা?

অসি তাবদা খরোশংবীগী ময়াগা মমৌসুপীশিংগা য়েংনরুকই।

মুমগী থবক্তা শিজিন্নরা? মী অনিগী চাক শরুক চাবা নত্তনা মহাক্না মুম অসিগী কম্বি থরুক তুবগে? অচুম্বনিদনা।

কদায়, রাকম অসি কম্বিওবা মুমিৎতসু কনানসু খক খল্লুদে।

মমৌসুপী অহলনা হায়রকই,—করিবু কায়গনি। হৌখিবা মপোক্তা ঐখোয় মাগী মরন তোয়রকখায়ে, মহু শিংজিখনি।

ভাম্বা অনিদা চহি কয়াগী মমাংগী য়াকম অমা তমজহোগে।

ইয়ুং অনিগী মচিল-মৌপরা মখোয় মরিগী নোংমাগা মপা বিজয় অমসুং চন্দ্রশেখরগী খুদং অমুদগী হৌরকপনি। বিজয়বু পোক্লবা মপানা শিরমদায়দা শাগেগী মনাও হায়বদি চন্দ্রশেখরগী মপুবোক ইবোচৌবগী মকমদা থোয়াং মনম কোক্লিখৈদা মমা কায়নগ্রবা মচানুপা বিজয়বু শিরম্মী।

মতম অমুদা বিজয় ক্লাস আইটতদা তম্লি। ময়াম্বনা শিররবা মতুংইন্না লাইরবা লৌমী ইবোচৌবনা বিজয়বু লাইরিক মথা তমথহল্লম্মী। মেট্রিক পাস তৌরগা বিজয়বু মহাক্না কলেজ তমহনবগী-দমক ইম্ফালদা ভাত্তাদা থম্লম্মী। বি, এ, পাস তৌরগা বিজয়বু কলিকাতাদা এম, এ, তম্মুনবা থারম্মী।

হায়দোকপ্রবা য়া ভাক্লবা অমদি শাগেগী ময়াম্বনা পোক্লগা বিজয়গী লাইরিক্তা মথরায় য়াওজবা উবদা য়াম্না মপুক্তিং হয়াওনা অরা-অনা থিদনা কন্না শু-নোমহুনা থা থুদিংগী অককবা শেলকম থারম্মী।

অহুবু চহি অমরোমগী মতুংদা ইবোচৌবা ভাইবংপান থাদোক্নুনা চৎখি।

মতম অমুদা মহাক্কী মচানুপা বীরেন হায়বদি চন্দ্রশেখরগী মপা ক্লাস নাইন্দা তম্লম্মী। মপা লৈথিরবা মতুদা লৈত-লাইরগী চৈথেংদগী মহাক লাইরিক তম্বা তোকপা তাখি। মরমদি য়ুম পুরম্বা মপা লৈথিদবনা শেল তানবিনবা লৈতবনা মখোয়গী ইমুংদা লাইরকগী লাই চংলকখি। মতৌ অম্মুমা মশামক লাইরিক তম্বা তোক্লবম্ম মপাগী য়া ভাক্কগীদমক ময়াম্বা বিজয় লাইরিক মথা তমথহনবদা অকায়বা থোক্তনবা মহাক্না কম্না শু-নোমহুনা হোৎনরম্মী।

এম, এ, পাস তৌহুনা থোরকপা পংকুট কুইদনা বিজয় অন্দর সেক্রেটরিগী পোষ্ট ফংলম্মী। অহুনা মহাক ইম্ফালদা ওফিস কাটরদা

লৈবা ভারম্মী। মতম অত্তুদা মহাক্না বীরেন্দা মাস্থ ইন্কালদা য়ুম হোংলক্লবা হায়রম্মী। অদুবু 'ঐদি লোমীনি, ইন্কালদা য়ুম হোংবগী কায়রবা লৈতে' হায়দুনা বীরেন্না য়াখিদে।

মখং মখং কময়খোন কাহুনা বিজয়গী পুন্সিদা চিফ সেক্রেটারি ফাওবা ওইখি। মহাক্না ময়ক মরক্তা বীরেনবু মাগী নাক্তা য়ুম হোংলক্লবা কয়ারক হন্না হায়রম্মী। অদুবু বীরেন্না শুপন্না য়াখিদে।

ইমু, অসিবু শেম্মিরকখিবা থুঙ্গ, মচা বীরেনগী মচা চন্দ্রশেখরনা য়ুম অসিদা মতম খরা লৈরবদা চা'ক্লম চারৈ হায়না নিন্দা তৌবা অদুগা থবক-ইথাং নোমহন্দুনা লাইরিক তম্বদা অকায়বা খোকহনবা অসিদি চুমদবমক্নি।

অদুবু অঙকপনি মীওইবগী পুকচেল।

মপাবু মী ওইননবা শেম্মিরকখিবা মীশক অদুগী মচানুপা অমদা মতম খরদং লাইরিক তমদুনা লৈরবদা ইমু, অসিনা মও, কয়াদা ওৎ নৈবা হৌরক্নি।

ওইরম্বা যাই মসি মীওইবগী হৌন-লোনচৎ।

শেখরনা মপুক্নি নু,শিনা মতম খজিক্ত, কংবদা লাইরিক পাগদবগী তেক ফমথরমক্তদা অমনা নত্রগা অমনা হেক্তা কৌরকই,—শেখো, চপ্রা অনিদা শং অমুক্তা লৈকচোদনা। ... শেখো, শঙ্গোম লোকরব্রা ? থবক মতমদ। লাইরিক পাহুনা লৈখোক্লব্রা শেখো ?- ইচে চাউবীখোয়দা অমুক্তা চৎলু'চা হায়রগা হৌজিক ফাওবা চৎখ্রিবা করিগীনো শেখো ? -- তৌত্তি ঈশি, ভাদে, ঈকৃজনবা ঈশিং ড্রম অমতা পুক্নিদগী হোন্নুচো হায়রগা হৌজিক ফাওবা হোন্দ্রবদি কৈদৌরে শেখো ? - হারি অহাওবা থা-থা লাওবা কেজি অমতা চেন্দুনা লৈক্রচো শেখো ?

মতম অমুক ক্লুইবসি ভুল ওইরকখিবহ্ণ চুমথোক্লবা ইমুংগী মীপুম খুদিংমক্না হোৎনরকপগুম্মী। অহুগী মথক্তা তাম্থোকপ্রবা মীনাই অহুগী থবকশিংহ্ণ শেখরনা নত্তনা অতৈ কনানা তৌগদগে ?

মুমিৎ কয়ানি চুপ্পা থবক নোমহুনা লৈরবা মতুংদা শেখরনা মুমিৎ অহুদি কলেজ কাদবা য়াদে হায়না মপুক্লিংদা লেপতুনা অমুক ওল্লিঙৈদা বাজার তৌরুরগা হাথু হাথু চাক চারি। থরোশংবীনা চাকশঙ্গদা চংলকপদা মহু উবদা চঙক্লহুনা মচুবা মেৎতুনা লেপ্লরে।

—করি তৌরে শেখো ? অমুক অঙনবসিদা নবুক্তা চাক্লক্রা ?

শেখরনা মমায ঙাংনা পুক্নিংগী নুংঙাইতবা কাথহুনা হায়রকই,—মহালমথৈ কলেজ কপবা শংত্রে—

—কলেজ ? ওসি নত্তবু কলেজ কাগদৌরিব্রা ?

শেখরনা মপুক্লিং নুংঙাইজদবা মওংদা হায়রকই,— মুম থবক তৌহুনা লৈথোক্লিঙৈদা হন্দক থাগী পার্সেন্টেজ শাখিনা হন্বপ্রে, মরম অহুনা ওসিদি চৎতবা ওপয়া য়াব্রে।

থরোশংবীনা অমুক হেন্না ওক্নুনা অহুম ওইনমক করেম্মবগী মুরদা হায়রকই,— স্কুল (মহাক্না হায়গে য়াওনা 'স্কুল' হায়রিবনি) চৎল্লবদি য়াররোইদবা—অহুগা মুমিৎ চুপ্পা য়ুমদা লৈত্তবদি য়াগক্রা ? নঙনা হায়রিবসি করিনো, ঐদি চময়রে শেখো!

—পোৎ-চৈদি লোইনবা লৈক্লরেদনা। কিঙ্গৎতনা তম্লপ্পা হায়রকই শেখরনা।

অহুবু মহু তাবদা থরোশংবীনা কাক-কাক নোকথোরক্লে, হায়রকই,—পোৎ-চৈ লৈকরগা হেক্তা য়াগক্রা ? পুং অনি তাবা মতমদা নবাই-ইবুংঙোদি কোকা-কোলা থকপা অহুগা অহাওবা সন্দেশ চাবগী হৈনবী লৈ, মহু কনানা লৈবিরুগদগে ?

শেখর শাওনিংবনা খাংবা ওমক্লে। অহুম ওইনমক মহু য়াম্না রানা নমথরগা হায়রকই,—পেপসি বোটল অনি য়াওরকপনি, ওসিদি ইবাই-ইবুংঙোদা মহু ওইনা থকপিরো হায়বিরো।

—ব্রঙনা থঙজিনবহুনি, নবাই-ইবুংঙোদি ঙিক্লহাও য়াম্না খি। ঐখোয়না মতম্ন থবা লিদা লৈবিরিঙেন্নিদদি নঙনা থরা রাবা তারেদনা কমদৌনি। নঙ চাক চাবা লোইরগা নবাই-ইবুংঙোগী খোঙউপতু কাপ অমুক্তা থারগনু।

থঙহৌদনা শেখরনা অয়েস্বদা কাহেন্না মথৌনা কবা উৎপা থৌওং অমা তৌখোয়রক্লে। মহাক্না চাক চারম্বদগী থঙহৌদনা ঈশিং থুক্তাইদনা মথুং চুপ লুপশিন্নগা হায়রকই,—ঐ ঙম্মোই।

—ঙম্মরোইদ্রা ? থরোশংবী থঙশাও শাওগৎলক্লে, হায়রকই— কৈদৌবগী ঙম্মোইদৌরিবনো হায়রু ? মহুথক্তং তৌবদা নঙ থেংলগদ্রা ?

—থেংবগী রা নত্তে, খোঙউপ কাপ থাবা ঐ ঙম্মোই।

—করিনো নঙনা ঙাংজবা শান্নিবহু শেখো ? ইবাই হায়বসিদি ঙক্লজন্নি, মাগী খোঙউপ পান্নবদা অহুক হাক্লা চোঙ্গা থবক ওইরগদ্রা নঙোন্দা ?

থরোশংবী শাওবনা নুংতোন কাপ্রে। অহুবু মপুক্লিং কাথরগা অমুক হায়রকই,— নঙগী রা তাবদা ঐ য়াম্না শাওনিংই শেখো। চৎলো চৎলো নিংখিনা কাপ থাক্লয়ো।

—করিগীনো হজম হজন হায়বিরিবা ইচে-থয়ো, ঐ ঙমজরোই। অসি হায়রক্লগা শেখর ক্লুক হৌশংতুনা খোকপ্রে।

থরোশংবী মৈ হৌরক্লে। ঙমজবী থাহুনা লাওহুনা হায়রকই, —মহু ঙম্মোইদবা লৈরবদি মিৎকুপ অসিমক্তদা য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎখিগদবনি শেখো। অহুক হাক্লা নাপল তৌরবদি য়ুম অসিদা চাক্লেম চাহুনা কিরেম শেংতুনা অমুক লৈকম খোক্লে। কদায় নোংমদা চরা অনি চাবদি ঈকাইদব্রা ? অহুগা থবক তৌরদি ঈকাইখিনিনে ?

পুং অমরোম শাওহুনা চৈ-থাংহুনা লৈ থরোশংবীহু।

মমানমু মঙোন্দা করিমু হায়ক্লবা ঙম্নমদে। অহুগা মনম্নশিং-নমু ওকিসার অচৌবগী মুপী মচলনুপীহুবু থেমজিন্নুগদবা হজাইনে। মখোয়দি প্রেন্দা চৎথোক-চৎশিন তৌরিবনি। মসিবু ঙম্নায়বা রায়া ?

মচানিঙ্গোলগা মমহাকনুপাগনি লৈরি।

অদুবু শেখরদি চৎখিবা অদুদগী হল্লকখিদ্রে।

লাইদিক তম্মদুনা মী ওইবা পামজবা শেখরগী ম্রাথল্লোম্নু হৌজিক ক্ষোকপ্রমাল্লে।

করে, শেখর চৎচপ্রনবু — মতুংদমক কনানম্নু কোক শাহম্নুবা পাম্লমদে। চৎপ্রবদি চৎপ্রেদনা। অদুবু মহাক চৎখিবগা লোয়ননা মমহাকনুপা তকিসারদুগী নুপা লিশিং মঙা হেন্না পীবা নুং খিনবা শনা-খুদোপ অদুম্নু চৎপ্রে।

ওাইহাক্কী মমাংদা ওকিসারদু ঈরুজকম কাদা কাউখোকখিদুনা মদু পুরনা থোরকখিবনি। মদুগী মতুংমক্তদা শেখর ঈরুজরুবনি।

কোইথি খিনবদা খুদোপ অদু কদায়দম্নু খিবা কংল্রে।

অদু ওইরবদি? খুদোপ অদু অতৈ কনানা লৌখিগদবে শেখরনা নত্তনা?

হিসাবনা করি হায়রি? অনিগা অনিগা মরিগী মতৌম্রম লেওত্রবা রাকম নত্রা?

চম্লপ্রে মরাম পুম্নমক! শেখর। অনিগুম্বা থবকপু শেখরনা তৌরমগত্রা? মসিদি তশেংনা থাজনিংঙাই ওইদবনি! অদুবু থঘো-শংবীনা শেখরনা খুদোপ অদু লৌখিবনি হায়দুনা কিল্লিং-কিল্লিং চোংলকই।

কৈ মচা চাওনবা য়োল্লগা হক্কিম্নুনা মপু চায় হায়বা মহাক্না মরাম কৌশিন-কৌশিন্দুনা খওহম্রবা হোৎনরকই। শেখরবু জেলদা থমদনা তোল্লোই হায়বা রাশক অসিম্নু মহাক্না শক্রুনা তাক্তে।

অদুম ওইনমক করিম্নু তৌবা ওমখিদে।

নন্দবাবুগী ছুটি লোইদুনা হনপ্রে। করিম্নু লৈত্তবা নুপা লিশিং মঙা-তরুকী পোৎ অমা মাংবগীদমক কোক শাহম্নগদবা অদুক হাক্না মমল লৈতবা মীশক নত্তে মহাক্তি।

তৌরবা য়াদ্রে। মনশা অহমগী মিংথৈল-ময়ৈ শঙনা চংশিনবদি য়ুম অমদা লৈরিবা কারবা "ওইবোক্লোইরবা ইনথবা ওইরক্তে।"

শেখরনগী হৈয়া কিক্তম কংদ্রে থয়োশংবীগী চহি অহানবগী মচা-মুপাক্কী। "য়ুমগী থবক পুম্নমক মহাক্না লৌশিনবদি থামাশিন্না লৈখাংবদা নত্তনা থিনা থিনা য়ুক্ত।

চাকথোংবা বাথোন খাদোকখিত্রনা খোংবা-থাকপগী খোদাং পুম্নমক খয়োশংবীগী মথক্তা অদুমকথি।

পোৎ-চৈগী মথক ঈশিং ঈচাওগী মতৌঙুম নোংম-নোংমগী হেক্তং-তক্লি। মী ওয়েৎ-নিপাকশী ইমুং অমত্তু য়োকপা হাইবদি থোকরবা থবক নত্তে, মতু শঙদবা কমাত্তু লৈক্তে।"

হৌজিক য়ায়া লুরিবা য়াকথদি মচা মুগী অহল মপুং-মচৈ কাযক্লে, থাজ-য়োজবা মতম ওইদ্রে।

অদুবু কনানা মাগী লুহোংবগী থবক পুথোকপিগনগে? কনানা মহুগী খোদাং কৌনিংগনগে?

নিঙোল লুহোংবা হায়বসি অয়াম্বা থবক নত্তে। থয়োশংবীনা লোয়া লোয়না তাংচে, অদুগা ঈথবনা কৌনিক্তে।

অসিত্তুবা মতম অসিদা নোংমা অঙকপা খোদোক অমা থোক্লে।

য়াকমৈদু ওঙদা ওশেংনা শাজিনবা য়ামৌনি হায়না লোৎপনি, অদুবু অচুম্বা খোদোকপু অয়াম্বা মতমদা ওইবোক্লবা ওইনা উই।

থয়োশংবীগী মচানুপা অহলনা মথুং অনিদা থাজাব চংলুবগী থাও অমমম য়াম্দুনা ইমুংদা ওকিং তকিং চংলক্লগা হায়রকই,—মামহল, নহাকপু কনানো অমনা কৌরি।

—কনানা কৌরিবনো? হায়দুনা মামহল মাগী নাক্তা লাকই।

—মপক থঙদে। কদাইদনো উথিবকুম নিংই, অদুবু নিংশিংবদি থোক্লে। মাকুতি কায অমা তোংলকই।

'মারুতি কার' হায়বা তাবদা মায়হুল খঙ্গানরক্নে। অদুগা ঙাইহাক নৈরগা মপালদ চরাংনরক্নে,—চন্দ্রশেখর লাক্নে, চন্দ্রশেখর—

চন্দ্রশেখর ? কনানো মহাক ? কদায়, মমিং অসি কৌবা কনাহুনিংশিংবা থোক্কেনা !

চিখোন চিখোন ঙাংনরি, 'শেখর !' 'শেখর ওঃ !' মহু ওইরবা মাই, শেখরগী অশেংবা মমিং চন্দ্রশেখরনিদনা। মারুতি কার অহনবা তোঙ্গ্লনা মমল য়াম্বা স্যুট তৌহনা মতম অম্ভুক কুইরবগী ভুংদা লাক্লিবা মতোম্বা মহৌশাগুম কৌনবা মিংদা কৌরুবা য়াখিগদ্রা ?

অহুম ওইনমক চন্দ্রশেখর হায়না কৌগদবগু নৈদা পনবগুম তৌই।

ইমুং হুম্না থোক্লকুনা মাবু য়েংনরকই, শেখরগী শাগল অনিদা উচেক-মশা অনি পাল্লবগুম।

ঙসি শেখরবু ময়াম্না ঈকাই-খুম্নদা লোয়নৈ। মহাকপু তময়াম্না ইমুংদা পুশিন্দুনা লোকাদা কনহন্নে। ঙাইহাক অহুগী মতুংদা থোরাং তৌবা ওম্বা অচা-অথক থোরাং তৌহনা পুশিন্নে।

মতৈমা অহুম অহুগা অঙাংগনা মতোম্বা কৌইশিন্দুনা 'মসি চাও' 'মহু চাও' হায়রকই। অদুগা মৌ অহুম্না লৌশিং তৌহনা য়ারী লিনরকই, শেখরনা কনাদগু তাক্লমদনা চংখিবদা মথোয় কয়াগী মতিক অয়া-নৈচাক্কা কাক্লরবগে, অদুগা অয়া-চিন্তাহু মতৌ করম্না কোক্লকখিবগে হায়রবা।

তশেংনা ইমুংগী অঙাংগী মতৌঙ্গরবা মহাক মকুম থঙদনা মাংখিবদা থরায় য়ানরোইদ্রা ?

য়াম্না কম্না থিখি, অহুবু কংখিদে।

মখোয়গী য়া তায়গা শেখরনা খঙহৌদনা মমাই থাক্কৎতুনা নোক্লুনা হায়রকই,—ঐ চৎপ্রবা তুংদা ময়াম্না খিনবিদ্রনে ? ঐদি নিংশিংবা থোক্কেনা !

. চঙক্লনা ময়ামা অমগা অমগা য়েংনুরকই।

কৈদৌনা নিংশিংদনি। মখোয় খুদিংমক্তা নিংশিংজি, খুদোপ অহুগী রা। অহুমু হৌজিক্তী ফিভম অসিদা চন্দ্রশেখরবু শেখর ওইনা খল্লুবা য়াখিগদ্রা? অহুনা মখোয় তুমিন তুমিন লৈখ্রে।'

চানা চানা শেখরনা মখুৎ ওইবা পকেটতগী পোৎ অমা পুখোরক্লে। মহু অতৈ করিসু নত্তে—খুদোপ অহুনি। হায়রকই,—মসি মশক খঙবিব্রা?

হিঃ করিনো। তশেংনা মহু ওইরবদি শেখরনা খুদোপ অহু হুহুনা পুখিব্রা? চঙরবনা কনাসু রা ওাংখোকপা ঙম্মখিদ্রে।

অহুবু শেখরনা ময়াম পুম্মমকপু অমুকা হেন্না চঙরহন্দুনা হৌনা নোকখৎলক্লে, হায়রকই, —করি খনবিরিবগে? হুব্বানবসি খোইনা মখৌনা ফত্তবা নত্তে, মসিনিদনা? চহি তরাগী মতুংদা হুরানপোৎ পুহনা য়ুম অসিদা চংলরবা মখৌনা লৈরবা। মহু নত্রা?

—নত্তে নত্তে, মহুবু করি—

অমনা হায়রকই,—ঐখোয়দি মহুম্না খন্দে।

- অমনা অমুক হায়রকই,—ঐখোয়দি নঙগী অরা চিন্তাদা—

—এ। কৈদৌবগী চিংনবিরোইদৌরিবনো? অহুবু হায়বিয়ু ইতৈমা অহল, মতম অহুদা করিগুম্ব। ঐনা লাক্লগা হায়রবদি—চেকশিন্দহুনা থাদহুনা খনম্বা উবদা মীপাইনহনগে খল্লুনা মসি লোৎ-শিন্নুনা খম্মুবনি, থাজবিগদ্রা ময়াম্না? শুপথা থাজরোই। তশেংনা খনবিগনি, মীহৌহুনা হুকরগা তুংদা কীরক্লুন নুপামচাসিনা হৌজিক পুখোরক্লিবনি। মহুম্না খনবিরোইব্রা হায়বিয়ু? হৌজিক্তি থাজবিরগনি হায়বা ঐ খঙজে, অহুনা পুক্সরকপা ঙম্লিবনি।

অসি হায়রগা শেখরনা খিক-খিক নোক্লকই।

হন্দক্তি ময়ামসু মহাক্তা নোকপদা য়াওশিল্লক্লে, য়াম্না নুংঙাইবা ফাগী অমা তৌবগুম্বী।

চাব-থকপা লোক্তৈরগা শেখরনা হায়রকই, —অহুবুঁ ইচে-থরো হৌজিক কদায়দা লৈবগে ? মশাগী মপোৎ অসি—

মতৈমা অতোম্বীনা খোইদোক্না থরোশংবীবু তাখিনা থল্লি, মহাক্না মচিন পৈথোক্লুনা হায়রকই,—কদায়দা অমুক চৎলুগনি সিদা সুম লৈ। করিগীনো, মচা ময়াম্বু উঙ্ক্রিব্রা ? মসি বিময়নি—থরোগী মচান্নুপা অহল।

বিনয়।

শেখর চক্রবর্ত্রে—বিনয় অহু। কুচু ঙোরোক ঙৌবা মশা নোয়-পেনবা হাকপেন্ট শেৎপা শিক্লিবা মুপামচাহু। ময়াং কংবা শক চু খোক্লবা, মোংতায় চুদায়নবা ফিমন শেৎপা। বংগীনো ?

মতৈমা অতোম্বীদি সোমদা ঙা বা লেপত্রি,—থল্লুদনা, হৌজিক অতাংবা মতমসিদবু মী তরেৎ-নিপাল থাকপা হাযবসি কয়া য়াম্না খুদা, চাদবগে হায়বা। নন্দদি কার এক্সিদেন্টতা মখোঙ নাম্না শোয়নাইদুনা লৈরক্লিবসি চহি তকক-তরেৎ শুরবনি। মখোয় লোয়নবা এখোয়না থাক্লিবনি। মহুব অচম্বা থরচারা ? করিবু হায়গনি, মাগী হৈনবীদি হোংবা নত্তে। থঙইদনা থরোহু ? কয়াগী মতিক নাপল তৌরম্বগে ? হৌজিক্তি তশেংনা—

—তাকপিরো ইতৈমা, কদায় ইচে-থরোদি ?

অসি হায়রগা শেখরনা ফুক হৌগৎলগা ভাবনা শাহুনা লাক্লগা চাকশঙগী খোঙজিন মকমদা লেপ্লরে।

অহুবু কদায় থরোদি ? চাকশঙগী কাচিন্দা কমহুনা ফিক্লক শুমহুনা কপ্লিবা করিগনো ?

কনেক খোংদাই শেৎপী, অনাশক মানবী, কুচু রাওথাংনবী নুপী অসিবু থরোশংবীরা ? নোয়-পেল্লম্বা হকচা দা জির্ক কোল তেকথবমখৈ শিহুনা নাপল তৌরম্বী মহাক অহুরা ?

অদুবু শেখরনু মতৈমা অতোম্বীগী মতোঙ্গম নাপল চাওবী অসিগী নাপল্ল তেকপা উবদা কল্লকপেন্নগদৌরিব্রা ?

মী ওইনিংবগী পামজবা মতম চুমদা লৈরম্বনি মহাক। পুম্নমক অরেম্বদা তারগদ্রা ?

শেখরনা খোঙ মরুমদগী থরা হন্দোরক্লগা কৌরকই,—ইচে-থরো, খোকপিরক্লবদি কৈদৌরবগে ? থবক য়াম্না চিনবনরা ?

থরোশংবীনা মপী শং তৈথোক্লগা মপালদা খোরক্লুনা লেপ্লরে।

শেখরনা নোক্লুনা হায়রকই,—অঙকপা নুপীনি ইচে নহাক ! চহি তরা চুপ্পা অশাওবা য়োক্লুনা থম্বিরম্রিব্রা ?

থরোশংবীনা ঈকাইদুনা হায়রকই,—শাওবা হায়বদি করিনো শেখর ? নঙোন্দা উৎলবা য়াবা ঐগী মায়দি কদায় ইচেগী-ইবুংঙো ? নঙোন্দা ঐনা মতম অদুদা চৎখিবা মীওইবনা চৎপা হৌনদবা লোনচৎ-শাজৎ অদুনা—

—য়ারে তোকপিরো ইচে,—শেখরনা মরক থৎলে। হায়রকই, —অদুম ওইনমক নুংঙাইজরে ইচেনা ঐগী মহৌশাগী মিংদু নিংশিংবিরম্বা। লাকপদগী হৌনা ময়াম্না 'চন্দ্রশেখর' 'চন্দ্রশেখর' হায়না কৌরকপা তাবদা ঐ হৈনজ্রবনি। অদুবু ইচেগী মিংগৌ তাবদা নৌপরাগী থম্মোয়-ময়োল নোহৌননা চোৎলকপগুম্মী। ইচে, ঐনা থুদোপ হুদুনা পুকবনি, অদুগা ইচেনা ঈকাইবিরিব্রা ? করে ! য়েংবিয়ু ইচে, ঐদি ঈকাইবা মরিক অমা কাওবা পোক্কে। ঐ হৌজিক অথুম-অহাঙ ময়াম অমা চারক্লবনি। অদুবু ইচে, অম্মুক হাক্লা খোং-থাকপা, হৈজ্বিরম্রিবসি নশাগী পোকমিম্নবা নবুংশিং পীজনবা ওইরিনিনে ? শেখরগী থিরবা লাইবক্তদি তম্নম্নরোইজ্রা ? চৎলসি হন্দক্তি নৌপরাঁ ঐগী নাক্তা। নত্তে, করিগুম্বা য়ানিংদবা অমতা তারোই। অদ্ম্যংশিংগা ইবাইগা পুদুনা চেনখিগনি, য়েংগে কমদৌনা লাক্তনা লৈবিবা উরগে ? করে,

ঙসিদি চৎলগে—হয়েং চৎননবা থৌরাং লোইশিনবিরমগ্রবদি ওপম্বা য়ারোই। ঐনা তামোচৌদা ইতৈমা অহলদা হায়ন-খোৎনহুনা য়া লোইশিন্নরগনি—নৌপরাগী মমা লৈত্রে হায়বা নিংশিংবিজ্রবদি চৎনবা য়াগত্রা? নৌপরাগী মওং তাত্রবা য়ুম্বাল অহু অতোপ্পা কনানা য়েংশিনবিগদগে?

চহি তরাগী মমাংদা নোংমা মকম অসিমক্তদা লেপতুনা শেখরনা খম্মোয় চেৎনা রাশকথি,—মতুংদা নোংমা মহাক মী ওইহুনা অচৌ-অশাং ওইরগা খরোশংবীগী লিচৎ শাজংকী লমন থুম্নগনি।

শেখরগী রাশক অহু মহৈ য়াম্ররত্রা? অহুনরা বাগী বায়খোংদা অসিগুম্বা অপেনবগী মমি তারিবা?

তশেংনমক মহু ওইম্ববদি মহাক মী ওইরত্রা? অচৌ-অশাং ওইরত্রা?

## লোইরবা

